নোঙ্গাথৌবী ঐবু পোকপীরবী ইমা
মোইরাংথেম ইবেয়াইমা-গী
মফমদা কচ্চরি

অকোক্‌বা

# অনুরাধাপুর আগ্রমগী রাজকুমার

( ভারত পুম্বগী রেডিও নাটক অথোই অহেন তাম্নবা Special Award ফংখ্রবা )

অহানবা শরুক

ফজবা চাংয়া তময়াগী মপুংদা উচেক
রায়াগী খোঞ্জেলনা ইনিল নিল্লি

রাজকুমার — ঘনশ্যাম, মখোয় ময়ামদো লোইনা হল্লক্লব্রা ?

ঘনশ্যাম — অহোই, মজাইবু ঙো ।

রাজকুমার — পোৎ মখৈদি লোইনা য়োল্লমলেদনা ?

ঘনশ্যাম — য়োল্লম্বগী পাও ফংজরে ।

রাজকুমার — শেলগী দরকার খর হেন্না লৈগদৌরি, অঙাংশিংগী শিন্দমশং অসে চনদরে অহুগা লায়েংশং অসিস্থু খর চাওথোক্কবা য়াদে ।

ঘনশ্যাম — অচুম্বনি অতৈদি লাইরদনা ওরাংগী অঙাংত্থু ফয়ক-পনা মমুংঙাইরে; ঐহাক্তি হিংগনি হায়বা থাজরক্লব্রবনি ।

রাজকুমার— অক যত্তা পুন্নমকসে, আশ্রমগী লাইবরী।

ঘনশ্যাম — অদুগা চফু শাবশিং; ইংখোল কোম্বশিং অসে মাগী মাগী শিল্লমশিংদা তোঙান তোঙানহনবা করোইদ্রা নত্রবদি ইতোৎ তোৎশন্নরবদি থবক ইশুগুদবগুম উই।

রাজকুমার— মখোয় ময়ামগা থন্নরগা নংনা ফনবা শিনগ্রো।

ঘনশ্যাম — মজা ইবুংঙো।

রাজকুমার— লশিংশিংদো হয়েংদি মন্দুনা হেক্লবা হোৎনহল্লু, লংনাইবশিং থবক লেপ্পমাল্লে।

ঘমশ্যাম — সনা য়াথংনি।

রাজকুমার— নহাকপু থরা মুংঙাইফম খংলব্রা?

ঘনশ্যাম — অহোই।

রাজকুমার— (মুংঙাইবগী মওং খোঙ্গেল ওনবা) অস্সুম মুংঙাইরক্কনি, য়েংউ, শোইনাইরবা অহলশিংদি তোকপু তোকখ্রে। করিসু থংজদ্রবা মপী মপা লৈজদ্রবা অঙাংশিংনা নোক খেতুনা শান্নবশি উবদা নথম্মোইদু পেনদ্রা?

ঘনশ্যাম — অচুম্বনি, মজাইবুংঙো। ... ... আ — — অহুম্না তাকপিরবসু কেলি মখোংসি হেক য়ৌবগা চপ লেপ্তুনা মজাইবুংঙোগী মিৎকম অসে করিনো অমা স্নুনদা য়েংবগুম ঈরা ঈহৌননা করিনো অমা নিংশিংবগুম, হেক হেক তৌই।

রাজকুমার— ইনাও মুপাগী "রাজ অভিশেক" নকশিল্লক্লমালে।

মুমিৎ নিনিদি কোন্নংদা লৈরুদবা য়াত্রি।

ঘনশ্যাম – লেংবিরুবা কৈ, মনাও ইবুঙোনা থা অমগী লুপা লাক্ক অমমমস্তু আশ্রম অসিদা দান তৌবীরকনি হায়নস্তু তাজে।

( যন্ত্র; উচেক ৱায়াগী খোঞ্জেলন শবক ভাইহাক শিন্দনবা )

ঘনশ্যাম — মচা ইবুঙো করিনো য়েংবীবিববু।

রাজকুমার – ( নুংঙাইতবগী মওংদা ) কবিস্তু যেংদে, হযেংদি শগোল গাড়ীস্তু শেম শাও।

ঘনশ্যাম – সনা য়াথংনি।

বাজকুমাব নুংঙাইতনা অহাংবদা য়েংহুনা ভুমিন্না লৈ।

ঘনশ্যাম — মজাইবুংঙো — – মজাইবুঙো ....

রাজকুমাব – ( খোঞ্জেল ফাইনা ) ঐ করিস্তু তৌদে।

ঘনশ্যাম – তাকপিয়ু।

রাজকুমাব – ঐহাক নিংথৌ খুভম মিহৌদবা হায়বস্তু ওইরে।

ঘনশ্যাম – মহুগী মরম্মী ঐনা খোয়রাংজরিবা।

রাজকুমার — নহাক তানিংবরা?

ঘনশ্যাম – খরমথৈদি তাজরে, লানবা চুম্বস্তু থংজদে।

রাজকুমার – লাইওইরবা কেলি মথোঙসিদা ফমসি; উথাসিদনি ঐগী ৱারি অয়াম্বদি। "অনুরাধা" মিং অসি মুংশিত্রা?

ঘনশ্যাম – য়াম্না শুংশি।

রাজকুমার— মিং অসিদগী শক্ফম অহুনা অমুক হেল্লিদো।

ঘনশ্যাম — শোয়দনমক্ হেল্লমগনি !

রাজকুমার— শকফম অদুদগী থম্মোই অহুনা অমুক হেল্লিদো —।

তাও ·· ওসিদগী চহি কুনমুক্কী মমাংগী ৱারিনি ।

নিংশিংবগী যন্ত্রগা লোইননা হৌখিবা

কয়াদো রাজকুমারনা ঘনশ্যামদা ৱারি লি।

অনীশুবা শরুক

(হৌখিবা রারিগী শরুক)

অয়ুক্কী উচেক রায়াগী খোঙ্কেলনা ইনিল নিল্লি

রাজকুমার— (মতোমতা শোনজরা) কয়াদ্রা কজগুবা পুক্কিং হখ্রবা লমদমনো, পৃথিবী অসিদসু অসিগুম্বা মুক্ষম অমা লোত্লনা হৈরিরোইরেকো, কয়াদ মুংশিখ্রবা ···আশা-না থল্লবা অয়ুক্কী য়েংলবা মঙ্গালস্রিদ্রা ফুগাইনা শাৎলি-বা হৈরাংশ্লিংগী মুংশিরা মনুংদু হচুনা পুরক্লিবা উনা য়ানাগা রায়ী শ্যামরীরা অয়ুক্কী হে লিরী খোংদোইরিবা শকটাইদবা নংগী হৌরকফম্না কুদাইদ্রা, লোইকম্না কদোমদা, লিশাং শিৎনা তিংথোকখিবা থাবী লৌবুক লমহাংদা ঈশৈ শক্লা চাক্লায়রীরা চেক্লাচাশিং নখোয়গী ঈশৈ-চুনা কুদাইদনী, য়েথ্ননা উরাও থারাওরীবা হে ঈশিং চ্ছাইকী, চৌংখাং নাপ্লোমদা লেপ্লিবা উপাল রাপাল

হৈপাল লৈপাল নখোয়পুম্বনা নহালমথৈ ঐবু করিগী হৌরমদে করিগী কোম্নুংগী নিলখোংবা মরক্তা নাথৈছনা থম্বীরম্লীবা। ঙসিদি নখোয়গী নরক্তা লাক্লবনি. ঐ সনা কোম্নুংগী চরাংনবা পুন্সিদা অমুক হল্লরোই ।

অনুরাধা — ( খনশেনবগী থাপ্পা লাওবা ) খন থারো ‥ … খন থারো ·… খন থারো ।

মরক মরকতসু অনুরাধানা লাওরকই
খন থারো ‥ খন থারো

রাজকুমার— খোঞ্জেল আসিনা করি । কয়াদ খোইথুম্লব্রবা পুম্মকসিবু নমহৎলিদা।

মমা — ( রাজকুমারগী ) ইমাগী ইবুংঙো মুংশিবা. করিনো নংনা তৌরীবসিবু ।

রাজকুমার - ইমা।

মমা — লাকও চৎলসি লাকও অহংবা মুংশিৎশিদি আশাবা লোক পুবা মুংশিৎনি য়ৈহনবা যত্তে।

রাজকুমার ‥ ইমা ইবেম্মা ঙহাক্তং লৈজরকখিগে. নোংপোক মাইমায়কৈদা মিৎয়েং ভাবীয়ু … ফুদোংলবা সনা অহিংবা মচুবু ঙমজবা কোরৌগী নিক নিক লাওবা মেঙলবা ইপোমসিদ মহৌশা লাইরেম্বীনা শান্নরিবা কুম্মৈ। ও … থম্মোই অসে … ।

মমা — চংলসিনে, নংবু চাবা থকপগসু নিয়ম অমৎতা নাইদে, লাকওনে, নপা ইবুংঙোগী সনা হকচাংসু ইহৌই

সনা কোন্নুং থাদোকপা কয়াম কুইরবনো ... মুমিৎ নিনিখক্তনি হায়তুনা লাকপনা ঙসি মরি-মঙানি শুজনখ্রে।

রাজকুমার— ইমা হান্না য়েৌবীরম্লো।

মমা — নপাইবুংঙোনা শাওরনি, করিনো তৌরিবসিবো অতুক য়াম্না শিন্নথিবা থবকশিংতুস্নু অমংতা পাং-থোক্লমদে সনা কোন্নুংদনা মরোল অমা, ঙরাং বড় মন্ত্রীগী পাও পুররুম্মী। ঐখোয় পুম্বা থিন্দনা সনা কোন্নুং য়েৌদবা য়াদ্রবনি।

রাজকুমার— ইমাগা পাবুংইবুংঙোগা মাংজোননা খোংশানবীরমলো ঐহাক মাধব উন্নরকথিগে মাইকৈসিগী থুঙং মঙাগী খাজানাগী রারিদো ঐ লোয়শিল্লক্লগে।

মমা — অতুনি ইমাগী ইবুংঙো অতুম্না হায়রবদি নপাইবুং-ঙোনা করিগী শাওগনি, নহাক্লদি সনা কোন্নুংগী থবক, রাজনিতিদগী থৈদোক্লবা হোংনৈদো। মুম্না ভাব তাও, অস্নুক চাওবা লৈবাকসিগী ভার অসে নোংমদি নকোকথক্লা পুগদৌরিবনি।

## অহুমশুবা শরুক

অয়ুক্তা উচেক্ রায়াগী থোঙ্গেলনা ইনিল নিল্লি

অনুরাধা — ( থাপ্পা লাওরকই ) শন থারো ··· শন থারো ··· ··· ( নকশিল্লগা ) গঙ্গা নং লম হেন্নমল্লি কনাগুম্বা অমদা ওইরবদি নং চৈ মশিং থংদনা চাগনি ··· রো ··· রো ··· হায় আয়া ·· ।

মায়া — ইকাইদবী ঙরাংগীদো ।

অনুরাধা — হিংচাবী নংনা থোকহনবনি ।

মায়া — অদো করেনে, ঙসিদি কমদোবা ?

অনুরাধা — ঐ অমুক উন্নবা ঙম্লরোই । ঙসিদি থর ঙন্না শিন থারক্কে পুজাগী লৈ থর থিমিন্নরুসি, লক্ষিবুস্নু থর হায়বিরম্মু ।

মায়া — শোয়দনা হায়রগে, ঙাইথোনে অদো ঙসিবু চিনবাম্না পুক্নিংবু লৌনম্নীবরা ? হোরেন মুমিদাংরাইরমদা পুক্নিংগা চিনবানগা খৎনরক্লবদি মতুগী বিচার ঐ য়াওরোইকো ।

অনুরাধা — ন.না অহুম্না হেক হেক তৌহুনা ঐগী থম্মোইদা করিগুম্বা অয়োনবা অমত্তং থম্নবা হোৎনজবসে অরেম্বা হেকতমক তাহল্লি ... অহুবু .. ।

মায়া - অহুবু ... চিনবানগী রানি।

অনুরাধা — ( মখোয়নি নোকমিন্নরগা ) মায়ানা হায়বা ঙাক্তা চুমগদবা নত্তে।

মায়া — অনুরাধাবু মায়ানা অঙাং ওইরিঙৈদগী থংলকই নোকমিন্নবা

অনুরাধা — অদো পরিচয়বু চুম্লবরা ?

মায়া — শোয়দ্রে লৈবাক অসিগী যুবরাজনি। নহালমখে উদবা করিগুম্বা রাথলগী মমি অমা নংগী মাই-থোংদা তাই।

অনুরাধা — ঐদি উদে ( ফিংলপ্পা ) নং ঙাংনরিঙৈদা গঙ্গাসে অসোমদা য়ৌশিনখ্রে। হায় রো — রো — ঐ চৎলে। (থাপ্লপনা ) শন থারো ...

গুহা মনাক্তা চংবগী ঙাহাক শরক শিবা মায়ানা ঈশৈ অমা শংবা ...

মায়া — হৈমা ...।

রাজকুমার — করিগী তথক্লীবনো তপথংবায়ু।

মায়া — করম্না তপথগদৌরিবনো ? ইচম চম্না করিমত্তা খন্দবমখৈ ঈশিং শোকপা চংজরকপানি, গুহাগী মরুমদা মী অমা লৈরম্বগী রাথন্দি ইতৌ তৌরুদে।

রাজকুমার — ঐবু ঙাকপীয়, নখোয়গী রারী তানিংমন্দুনা তৌর-ম্বনি, রাস্থ অমত্তা তাহোদে, ইবেম্মা রা অমৎতা ... ।

মায়া — ইবেম্মা হায়বীগম্মু ঐগী মিং মায়া কৌজৈ।

রাজকুমার— ও·· মায়া — নংগী ইভারোই শনশেনবীত্নগী মিং খংহনব্বিয়্ ঐ নঙোন্দা কয়ারক হায়জরবনো।

মায়া — মহাক্না হায়দোকহননিংদে।

রাজকুমার— (নোক্নগা) হায়দোকুই হায়বীরুম্নু।

মায়া — ঐখোয় খুজং অসিগী মিদি মশাবু থক মিনমজদে।

রাজকুমার— অদু ওইরগা হায়দোক্লুরে হায়বীয়্।

মায়া — অদোম্নুদি ইভাত্নুনা হেন্না মু'শিকম থোক্করা।

রাজকুমার— ওম্থোক্না ইকাইবা রাফম্নী।

মায়া — (নোক্নগা) অদুবু ইকাইবা খংদবা মীওইগুম উই।

রাজকুমার— মাগী তৌবীগম্নু, ঐগী থম্মোই অসে পোৎথাযম খংদ্রে অমুক্তা হায়বীয়্ মাগী অশেংবা পরিচয়, নচক্কী লমনবু মতম অমদা শিংজগে।

মায়া — লমনগীদমক ওইরবদি শুকহায় হায়ররোই।

রাজকুমার— ভাকপীয়্ অরাবা অমগী মতেং পাংবীবা ওইনা হায়বীয়্।

মায়া — ঐনা হায়রকই হায়রবদি ঐ যারোইদবনি অত্নুবুরো ··· "অনুরাধা"।

রাজকুমার— 'অনুরাধা' কয়াদা মুংশিঞবা মিংনো? মহাক্কী অহল লমন্দী?

মায়া — অপোকপা অপোকপী লৈখিদ্রে মবোক্তা লৈমিন্নরি।

রাজকুমার— পাও অসিনা হেন্নহুম মুংশিহল্লে।

মায়া — চৎলগে।

রাজকুমার— অদো ঐগী রাকমদো মঙোন্দ খরা।

মায়া — চৎলগে।

রাজকুমার— অস্ উপালসিদা রাংনা নাপু মচু মান্না শাংলিব লৈসিদি কজপ্রেদা করি লৈবু কৌবগে?

মায়া — (থাম্নপা) অনুরাধাদা হংবিয়্ ঐখোয়দি থংজদেয়ে।

## মরিশুবা শরুক

মায়া — ঐগী চিংনখিবদি খক চুমদনা তোক্কে, হায়রবু লমহাংসিদা মীৎতা করীগী কাজল, লাইবক্তা করিগী বিন্দিয়া ?

অনুরাধা — হিংচাবী নবুক ফৎমনদে, সুন্দরীদো মনেহোয়দা চৎকদবগী মকে শেম্মমই ঐবুসু মানা য়েকশিনবীরকইবা ।

মায়া — করেনে চুমহুনতা লৈরবা ঐহাকসে লান্দুনতা লৈজরগে অহুবু রাকমশিদ ঐগী রাখলবু চুমহল্লবদি নংগী অক্কবদি ওইগনি ।

অনুরাধা — কয়াদ কোচি থাংথ্রবনো !

মায়া — কোচি অসিদ কৌহুনা নংগীসু হুংঙ'ইনবা মীগীসু অরাবা কোক্কবা হোৎনৌদনা । অচুম্বনি, নংবু হুংশি খংমনদবী মীওৎপীনি হায়নসু হায়রম্মী ।

অনুরাধা — মায়া হায়জসন্থ রাকমসে য়ায়া লুবনি তরাই তরাইদে ।

হৌদক্তি রাখল থেনবী হায়বহু নংসু ওইরব্রা ?

মায়া — করিগী থেনগদৌরিবনো, নংনা হায়রীববু ঐখোয়দি মী মচানি ।

অনুরাধা — অচুম্বনি. কয়াদা খেন্নখ্রবনো, ওইখোকপা শুকয়া য়ারোই ।

মায়া — করিগুম্বা ওইথোক্লবদি মহারানী হায়বগী মিংথোনগহু নহাকপু মিহৌদব্রা ?

অনুরাধা — খংদেনে, মিংথোন্দুনা মৈরী ওইরক ঐনা মৈরানবী ওইরু ইপুন্সিসু কেমজ মীগী মীনোকসু ওইহো অরেম্বদা তোক্লগদ্রা ? ইরোইবসু হৈজদনা ইপাকপু লানগে থৌরাংলুবা ওইদুনা ইরাক্লদুনা তোক্লগদ্রা ? নত্তে, মায়া নংগী পুক্লিংহুবু শগোল অঙৌবী মশা পানবীগা তোংদুনা থাগী লৈপাক্তগা হেক হেক কোইরুব্রনে অহুগা থাগী লাইরেম্বীগসু ওইরুব্রনে ।

মায়া — করিগী চিংনরিবনো, অনুরাধামুক শক্তমদা নিংথিবী শাবান্দ চংখোনবী মুজাদি লৈবাক অসিদা লৈরম্মোই ।

অনুরাধা — ( লেম্না নোক্লগা ) মহুসু হেনমল্লিদা মীঙোন্দদি হায়রুম্ন নংবু মীনা হাকন-চাওবীনি হায়নখিনি ।

মায়া — অচুম্বদি মাইপাক্ত্রনতা লৈগনি মুম্না য়েংউ, মাগী থম্মোয়দা অচুম্বগী মমি অমা উরবদি কিনিঙাই মরম লৈতে, অমুকসু হায়রিবসিনি, নংগী মায়থোংদি অঙকপনি, মহুগী মমল লৈরোই লনসু তানবা য়াই, লমচৎসু শেম্বা য়াই ।

অনুরাধা — নংগী রাকমত্থু চুমসন্নু. অত্তুব অসিমস্থু লৈবনি ...
পু-পাং শুদবা শুন য়াওর্দনা শক ফজবদি মকম
খুদিংদা রাথোক শুই, হৈক হেকস্থু চোপ্পা নংগলি।
(খোঞ্জেল তপথরগা) ঐসিবু ফজব্রনে?

মায়া — মপা লৈতনা ফংজবো, অদুনবু রাজকুমার অসিনা
ঙাওচৎনরীবনি।

অনুরাধা — অদুনবু ঐগী পুন্সিস্থু লৈতাবা ঙমত্রবনি।

মায়া — থংজত্রে নংগী নিংঙাইসে তু আদা অমুক লাক্লে নং
নশানা তথি তথি হেক চৈথোকখ্রে। অমুক লাক্কনবা।

অনুরাধা — ঐগী থশ্মোইস্থু মুংমক্তি নত্তেদনা।

মায়া — (নোক্লগা) বস্ রাহৈ অত্থখক্না য়ারে ঐ মাবু
কৌরগে।

অনুরাধা — (ইকাইবগী মওংদা ফিংলপ্পা) কৌরস্থু ঐদি ঙম্লোই
ঐদি য়ারোই।

মায়া — (খুবাক মরি-মঙারক খুবা) ও কনা কনা লৈবগে
সিদা করিনো অমা লৈরে (লাওনা কৌবা)
অমুক্তা য়েংবীকরাও (অমুক তপ্পা অনুরাধাদা) ঐদি
চেল্লগেকো নং লৈজহৌরো।

অনুরাধা — তৌঙম্বী নংবু!

মায়া — নংগী লমহেনবী পুক্নিংগা ওইনা চাওবা রাখলগা
লোইনাইদনা খৎনবদো ঙসিদি মহাক্লা বিচার তৌ-
হলহৌরো, ঐবুস্থু তানবা কংগনি থঙ্গু।

অনুরাধা — অদো মীনা উখ্বদি।

মায়া — ( থাগ্লপা ) মফমসিদা কনাস্থ লাক্লোই।

অনুরাধা — ( লাওনা ) মায়া ... মায়া ... মায়া ... মায়া

ঙাহাক শরক শিবা

রাজকুমার— (কন্না চেল্লকপগী রাবগী খোন্দ ) করি লৈরবগে ?

মায়াদি কদোমদা ... —

( খর তপথরগা ) হজিক্তা মায়ানা করিনো অমা

লৈরে হায়না লাওরম্বগু করিনো ?

অনুরাধা — তম্নরাইনে।

রাজকুমার— কিজরেদকো।

অনুরাধা — কিজব্রনে ?

রাজকুমার— কিজৈবো।

অনুরাধা — মুপানবু; কিগনবা হায়বগুনি।

রাজকুমার— ( হায়কেৎ নোক্লগা শাওবদি নত্তনা ) কন্না লায়না

ঐবু অপংবা শেম্লীবা মসিগী লেম্না তোক্লোই।

অনুরাধা — কিজরেদকো।

রাজকুমার— কিজব্রনে ?

অনুরাধা — কিজৈবো।

রাজকুমার— মুপীনবু কিগনবী হায়বগুনি।

অনুরাধা — মাম্নরেকো।

রাজকুমার— অদুবু মাম্নদবা অমদি অস্থম লৈরী।

অনুরাধা — অমৎতা ওইরম্লোই মাম্নদবা রাম্নমগনি।

রাজকুমার— অদুবু মাম্নহনিংব

অনুরাধা — করিনো তাকপীয়ু।

রাজকুমার— "মুংশিবা"

অমুরাধা — মুংশিবা করি তৌরবা ?

রাজকুমার— ঐনা নহাকপুদি য়াম্না মুংশিজৈ; অহিং মুংখিল খাক্তনা তুম্বা চাবা খংদনা খন্দুনতা লৈজরী; অদুবু নহাক্তী শক্তী নাপলনা লোনখোক্তবীগুম উহল্লি।

অমুবাধা — খুঙ্গসিদা পোকপীনি মফমসিদা চংঙবীনি হায়দুনা ওন্নতৈননা ইরাল হেক্তা শিবীগমু। ইচু খংদবী ওইবসু য়াই, করম্বা কান্দ এনা নাপল ত্রোখ্রবগে।

রাজকুমাব - অস্নুক কুইনা য়েংজরকপবু মীৎয়েং অমৎতসু য়েং-বীবক্তে অদুক যাম্না চেনজখিবা ইপাওসু পাওখুম অমৎতা পিবিরক্তে।

অমুরাধা — অদুগীদা ওইববদি তোল্লবীনি ঙাকপীয়ু, ঙসিদি পাওখুম পিজগে হায়দুনা ঙাইজরম্মীবনি।

রাজকুমার— য়াম্না খোৌরাংজরিবনি।

অমুরাধা — ঐগীদমক্তী লুনা খনবীরুমু মপু লৈতবা লমহাংদা শাৎলিবা লৈগুম্বনি, হেকনিংবা মতমদা হেকপীবা য়াগনি, অরেম্বদা চিনবীদনা সনা শঙ্গাই য়েৌদনা লম্মখাংদা হন্দোকপিরমগদ্রা অসিখক্তনি, মদুসু ওই-সমু রারেৌজবা ঙমলোই অদুবু পাবুং মহারাজ ইমাইবেম্মা মহারানী অমদি লৈবাক মীয়ামগী খন-বীয়ু। অদুগুম্বা রাকমদি লাইরদনা অসিগুম্বা মতম অমদা অসিগুম্বা মফম অমদা ঐহাকুন্বী অমগা

য়ারি শান্নরম্মী হায়বতদা অদোমগী মিংচৎতি কয়াদা থিগদবনো লৈবাক পুম্বা য়া য়া লাওনগনি।

রাজকুমার – লাওনসন্নু নিলসন্নু অতিয়া শিন্নসন্নু মদুগীদমক কিক্কম থোক্কে

অনুরাধা — মক্তাইবুংঙোদি মুপানি অদুগা অচৌবা ইমুংগী মীনি অদুবু নোংমদি তোল্লবী ঐখোয়গুম্বনা ইচুম চুম্না অরানবা তাহৌগনি।

রাজকুমার— মীওইবগী অচৌ পিশকপু, লনথুম, শাগৈ জাংনা লেপ্পা হায়বদু ঐহাকতি নৎচদে, মসিদা থোক্লগদবা খুদোংথিবা পুম্নমক ঐহাক্কী মাইকৈদগীবু ওইরে নহাক্কী মাইকৈদগীবু ওইরে, নহাক্কু য়াবীরবদি মাইরোং য়াজরগে অদুগা ঐনা কিরিবদি নহাক্কী থম্মোইতনি।

অনুরাধা — ঙাইহাক্কংগী ওইনা ময়াইকাবা মুপাশিংসে অসিগুম্বা মতমদা য়াম্না থৌনা লৈ অদুবু মতম থরগী তুংদদি করিগুম্ব লৈতনা খুদোংথিবা মচা অমকাওবদা শনজিং নিংথাইরকপগুম খন্দুনা তাম্নবা ক্ষংদনা চেনথি।

## মণ্ডাশুবা শরুক

মহাবাজ — করম্নো তৌগদবসে পুক্লিং মুংনাংহল্লিদা।

মহারানী – মহারাজ।

মহারাজ – মহাক্কী শাজং লিচংসিনদি লৈবাক অসিগী ভার পুহৌবা ওইথোক্লোই।

মহারানী — অতুনা ননাই ঐনা হ.গৎচরিবা অসিনি ··· থিন্দনমক রতনপুরীগী নিংথৌ যুগলকিশ্বরগী মজাইবেম্মা শ্বরনকুমারীগা লুহোংনবা খুজিন থৌরাং তৌবিয়ু।

মহারাজ - কবম্বা খুজিন থৌরাংনো তৌগদবশিবো মহাক্কী মতৌশিদা।

মহারানী — অতুগীদি ননাই শিনজগে থিন্দনা মহারাজনা রতন-পুরীদা লেংবীরগা যুগলকিশ্বরগা বা লোইশন্নবীক্করো। রাকমদি লুনা থোক্করয়োই শ্বরনকুমারীনা ঐথোয়গী পাওবু থৌরাংনা ভাইবী হায়না তাজরে। মসি-

মতংদি খংহনবীরম্মু ধুম-ধাম য়াওদনা চিক্লা লোই-
শিন্নবা মরমত্তুদি মহারাজনা থোকপা অমা হায়বীরম্মু।

রাজকুমার লাকপগী মতং

মহারাজ — কদোমদনো, সোমদা চংলকখো।

রাজকুমার — পাবুং!

মহারাজ — কয়ারক হন্না হায়খোগে, অসুক য়াম্না লৈবাক্তী থৌরম-থৌরাংশিং অসে ইতোমতা পুবা রারে, নহাক্তি দায়ীত ইরৌ লৌনিংদরগুম উই। অতুগা ঐহাক লৈত্রবদি নহাক্না খুভম অসি শিনগদৌরিবনি হায়-বসি নহাক খংদবগুমসু তৌই।

রাজকুমার করম্ব ··· ঐগী ··· ··· ··· ।

মহারাজ তুমিন লৈয়ু চাওগ্রবা লৈবাক অসিমা ঙাক্লিবা ঐনিনে। (নোকপা লেম্না তপনা) অতুগসু খ্বাই-দগী নক্লনা লৈরীবা নংগুম্বগী শাজংপু ঐনা খংলম-লোই খনত্রা? (শাওরম্না) খংসু খংই ··· ঐনা য়াররোই, নহাক যুবরাজনি, নহাক্তী লিচং শাজংতু হোংদোকত্রবদি লৈবাক ইরাং হৌগনি, রায়েন কাংখোং চাইগনি খংজবরা। ঐনা হায়রিবসে নহাক্না ইন্দবা য়ারোই।

মহারানী — সনা পুক্লিং কাথবীগনি, মহারাজ।

মহারাজ — উনাঙ্গিংনাদা মুংশিংনা হুম্বা, মুমিংথোকপা মুমিং তাবদা রাখল চোইবগী মতৌ উংপা অমুকসু (শাওনা) শন শেনবী অমদা যুবরাজ অমনা ঙাওবা ··· ·· নশক্ত্রু য়েংনিংদে তুকচৈ।

তরুকশুবা শরুক

বাজকুমাব— সে খুজিসে লৌশিনবীয় মসিনা মুংশিবগী অহানবা খুদোলনি।

অনুবাধা — অস্ ওস্থোক্লা মমল যাম্মমগনিদা সনা ভাক্তনিনে।

বাজকুমাব— মানি, থাম্লিবসিনা হিরানি।

অনুবাধা — এগী খাংপোকতুদাদ থমফমবু লৈতে। খংদেদা, করি হায়গদবনো থম্মেই অসে নোংম নোংমগী মিপাইবা হেনজল্লক্লি, এহাক্তি মতিক য়াম্না চাদবীনিদো।

রাজকুমার— করিগী চারোইদৌবীবনো … ? তাবা তাবাবা, তভাং তভাংবা চিনবান অনিগী মরক্তা লোৎতুনা লৈবিবা মনি পরেংগুম্ব য়াতোন্দু য়েংগদবগী চিনবান নাকচিদা লুমতুনা লৈব্লিবা অমুবা শম্বু, অতুনা মঁহ মরোং থোকহল্লিবা লৌবুক লমহাং লিশিং লিশিংদগী পাকপা হেল্লি · অতুগা অসুম অহা বদা য়েলগনা

অশংবা অতিয়ামক্কী মমি তাবা মাল্লিবা, লুরুক্ননা মালেম নৈদা য়েংলগনা অপোম্বা থম্বাক্পদা থোইমু তোংবা মাল্লিবা, কপ্পাপুম্বনা তিল্লবা নংগী মীৎম্নাসিনা মনিমুক্তা পুম্ববু অবেম্বনি খলহল্লে।

অনুরাধা — মহুদি চিরোলনি থাগৎলবস্থ থাজবা মাঙভী।

রাজকুমার— চিরোল নত্তে, মক্রুবা থম্মোইগী ··· শেংলবা থোঞ্জেলনি, রাহৈনবু রাংহৌরবনি, নংগী মুংশিরবা থোংনৌরবা খোঞ্জেনসিনস্থ নৈবাক কয়াগী রাজকৈন্যা কয়াগী হৌনা লিচং-চংনলোনবুস্থ মায়থিবা পীরবনি।

অনুরাধা — মসিনা কয়াম কুইগনি ?

রাজকুমার— পুন্সি চুপ্পগীনি থাজবীমু, ঐগী থম্মোইদি ইতোপ তোপ্পা অমনি। য়েংউ, কোইনা অস্থম য়েংউ, কজদ্রা প্রকৃতিসে, ঙাঙ্ত্রাম্নবা মুমিদাংরাইরমসিদা ঐখোয়নিস্থ চেক্লাচাবু ওন্দুনা কোরৌনা খোংদোইখিবা নোংচুপকি অতিয়া মাইকৈদা তুফাং-খপ্পা পাইমিন্ননিংই। অমুকস্থ য়ারৌ শজিবু ওই উমং-রামং অঙম্বা চীংমাইসিদা চেন-চোংতুনা শান্নমিন্ননীংই।

অসি হায়রগা নোকমিন্নে।

রাজকুমার— ঐ অসে ঙসিদি কয়াদা মুংঙাইরবনো।

অনুরাধা — অওইবরনে ?

রাজকুমার— অচুম্বনি, ঐনা খুঙ্গং অসিদা হেক লাকপদা পুক্লিংসিদা

লোন্না কল্লকপা পামজবা অনিখকতং লৈখি, অমদি অসুম্না ঐখোয়নি ফমিন্নত্তুনা রারি শাবনি, অমনা উচেক রায়াশিংগা চান্নত্তুনা ঐগী খুবাক্তা চং, হরাই পিজবনি, মসিমদি থুংত্রি।

অনুরাধা — (নোক্লগা) উচেকশিংগা হেক চান্নবগা ঐহাকপুদি কাওথোকপিগদবা মাল্লি।

রাজকুমার— নহাক য়াওদনা ঐ ইতোমতা কৈদৌনুংদসু চং মক্ত পিজরোই। ঐদি উচেকশিংসু অয়াম্বনা মমিং অমৎতা খংদে নহাক্কা নোংমা লোইনা খঙহল্লু।

অনুবাধা — খঙহনগে, ঐবুসু সনা কোন্নংগী মিংগৌ লাকৌ, চৎনলোন বেভাগার তম্বীরোইদ্রা?

রাজকুমার — নো'ম শোযদনংক তম্বীগনি।

অনুবাধা — কৈদৌঙৈনো?

রাজকুমার — ঐহাক রতনপুরীদা হুমিৎ নিনি-হুমনি চৎলুবা তারী।

অনুবাধা — করি তৌবনো?

রাজকুমার— পা'বুং মহারাজগী য়াথংনি, সন্ধি অমা তৌরুগদবা লৈ।

অনুরাধা — কৈদৌঙৈ অমুক হল্লকনি?

রাজকুমার— হেক য়ারিবমখৈ তন্না হল্লক্লবা হোৎনগনি।

অনুরাধা — রতনপুরীগী মচাইবেম্মদো য়ান্না ফজে হায়নবনি য়েংলকওইদ্রা?

রাজকুমার— মহাক্কা য়েংবগা চৎলোইদা নহাক্কা অসিদা লৈহৌ-
রগা। নিংথিনা লৈরম্মুকো।

অনুরাধা — ঐহাকপুদি লৈবীরমগে, লৈমাকোনগী মনি-মুক্তা মরকতুদা অঙাওবা মীৎতু থক্লোইদ্রা, মখোয়গা য়েংনরুরবদি ঐহাক্তী লিক্লি মচেংনিদো।

রাজকুমার— ঐগী ইকমদদি নহাক নৎতবা অতৈদি লিক্লি মচেং ঙাক্কনি। নিংথিনা লৈরম্মুকো ··· ··· হয়েংদি ঐ সনা কোন্নুং য়ৌরনি হংচিৎতি রতনপুরীগীদমক খো'শাল্লগনি।

তরেৎশুবা শরুক

মামা — ইমাগী ইবুংঙো ইমাহোইনা হায়রিবসে খন্থবগী মতমগা লৈত্রবনি। য়াদবা য়াদ্রবনি।

রাজকুমার— অসিয়া সন্ধি হায়বত্থ!

মামা — পুন্নমকসিগী মথক্তা রতনপুরী নিংথৌনা অমদি প্রজা মীয়াম্না ইকাই সঙ্গোই হাংহৌগদবা, মজাইবেম্মনা ওইহৌগদবা ফিভম পুন্নমকসি নঙোন্দ করিমৎতা কাওদবরা? অশাওবা ওইখিত্থনা মরূপ ওইনরিবা লৈবাক অনিসে য়েরুবা শোয়দনমক ওইরগনি।

মহারাজ — অত্থক য়াম্না তারূবগী দরকার লৈতে। পুন্নমকসে ঐ নমা, অমদি অঙম্বা কণ্যাগা খন্নরগা লৈবাক অসিগীদমক, নংগীদমক খ্বাইদগী অফবা ওইরগনি হায়ত্থনা শিন্নরবা থৌরাংনি।

রাজকুমার— অত্থক মুনা নৈনরগা অত্থক চাওবা মিনশা অমা,

য়াগদবা লৈরম্লবস্থ মীনম্বা অসিনা মরম ওইহনা ঐ য়ারয়োই।

মহারাজ — নহাক্কী নতৌননি নত্রবদি নংদি খুঙ্গং অত্থদগী খুবৈ অমগী লমথাওবা হেনদোকনিংদ। ননাও মুপাদা ওইরম্লবদি পুম্নমক মশাদা তান্নরমগনি।

রাজকুমার — অহুবু অচৌবা মীনম্বা অসিগী মাইপাকপা মাইথিবা অত্থদি করিস্ন লৈতনা উরিবা ঐগী ইকুমদা থুপ্তুনা লৈ হায়বত্থদি, ... .. কনামৎতনা খংদ্রমাল্লে। ইমাগী খর কপ-লাওবা ইপা ইবুংঙোগী তর্ক অসিদি লাইরদনা, হায়জবা নত্তনদি শিংনরবদি পৃথিবীগী নিংথৌরেল পুম্বনা খোংমী লাম্মী পুম্নমকা লোই-ননা ইমাংদা লেপ্পরবস্থ ঐবু মাইথিবা পিবদি ওমলোই।

মহারাজ — তুমিন লৈয় অয়ুক্কী য়ুরানগুম্বা নংনস্থ অহুক রাঙাং কমজাও হুনবা, কোক অহু শাদগীস্থ হেন্না খনথদে, অরোইবা ওইনা খংগদবর্দি ... ... থৌরম থৌরাং অসি ইন্দ্রবদি রাজবিদ্রোহিনি হায়হনা রতনপুরীগী কৈগুমশং অসিদা নপুল্সিচুপ্পা হন্দোক্লমগনি। মফম-সিদগী নহাক্কী নামথোকক্কম লৈতে। (চৎনা, চৎনা হায়রম্বগী মওং) (থাপ্পপ্পা) অত্থগা নংগা নথরাইনি খঙ্গরিবা খুঙ্গংগী মুপীদো ... লংজা কাক্কী মচিঙ্গাক ওইহনখিবা ওম্মী।

মামা — য়েংউ, নপা ইবুংঙোগী ভিকম অসি য়ৌশ্রে। করি-

গুম্বা মতমদস্ু অশাওবা অমৎতা লেম্না-মাংহনখিদে।

রাজকুমার— হায়বা ইন্দবগীদমক কংকম থোকপা দন্দিদো ফংজবনা হেন্না কৈ।

জন্ম য়াম্না তেন্না

রাজকৈন্যা শ্বরনকুমারী লাকপগী মওং

মামা — ইবুংঙো, ইমানা ইচাগীদমক পুন্নমক কনবা শিনগনি ওতুগা য়েংউ রাজকুমারী লেংলক্লী, চংজরকপগী য়াথং অমত্তং ঙাইরী। (লাওনা) মচাইবেম্মা হেক্তমক লেংশিনবীরকউ .. (তপ্পা) ঐ নপাবুং মহারাজগী মনাক্তা রাকম অমতং হংগৎলুহিগে।

ঙৈহাক রা ঙাংনদে

শ্বরনকুমারী— পুন্সি অসিদা অহানবা ওইনা মুপী ওইবীগী ইকাই ইকি রাংমা লান্না হেন্না ইকাইবা অমা ইপুন্সি অসিদা থোক্লগদবা কনজনবগীদমক নথুয়া খাদা চংজরকপনি, অতুবু হেন্নতুম ইকাইবা ফংলে। অদোম লোনথোক্তবমক ওইরম্লবদি রারোজরম্লোইদবনি।

রাজকুমার— করি পাওথুমনো ঐনা মজাইবেম্মদা খুমগদবসে।

শ্বরনকুমারী - ঐসু লোইনা তাজরে সনা পুক্লিংসু থংজরে। খুম্বীদবগী রানি, রাহৈগী লানদি যুবরাজনা ওমখিনি, থৌদোক অসিসু যুবরাজনা মাইপাকখিনি, অতুমওইনমক ঐবুসু শকথংবীয়ু ··· অমুকসু ইকাই ইকি রাংমা লান্না হায়জরীবসিনি ··· ··· "মুংশিবা"

লাইবক কবী মহাক্ত গীতা নত্তে, ঐহাকসু "সুংশিবা" খণ্ডই, ঙসিদগী চৰি মঙাগী মমাংদা যুবরাজনা মকমসিদা নোংম লেংবিরক্লম্মী। সুমিৎ অদুমক্তদা ঐগীসু থরাই হৌকচাং পুন্নমক নোংম মতা চাবা অমদা যুবরাজগী মকমদা কংচগে হায়দুনা লেপচপ্রবনি। ঙসিগী সুমিৎ অসিবু খৌরাংনা ঙাইজরক্লীবনি। রাকম অসিসু যুবরাজগী সনা নাকোংদা হাপ্পীগদবা নত্তে হায়বা থংজে ···। ঐনা হায়জবদি — ইপা ইবুংঙো অমদি রতনপুরীনা ইহাকথক্তদমক মিংচং থিহৌগদবা অরাকমদা তাহৌগদবা মসিদগী কনবীয় লুহোংবা অসি য়াবীয়ু। অদুদগী মথা ঙাবা পুন্সিদা যুবরাজগী মকমদা ঐনা অয়েংপা মীংকুপ অমা ফাওবা পিজরোই।

রাজকুমার— মজাইবেস্মা!

শ্বরনকুমারী— ঙসি অসিদা মপানথোংদা লুহোংবগী হৌন-লোনচং অদুদা ঙাকপিয়ু, ছুংদা লৌন-লৈনবগী মরী অদু থম্বীন্দ্রবসু য়াই, ঐহাক্তী ইরাল ওইজগে।

রাজকুমার- মদু ফাওবা ঐদি পামদে. ঐহাকসু নংগী নকমদা অঙুক থম্মোই কনগদবদি নত্তে।

শ্বরনকুমারী— অদু নত্রবদি করি তৌগনি — অশেংবনি রাশকচরী ঐ যুবরাজদা রারৌজরোই ··· ···।

<u>রাজকুমার অমদি শ্বরনকুমারী লুহোংগ্রে।</u>

<u>লুহোংবগী সেহনাই খোংলকপা</u>

## নিপালশুবা শরুক

উচেক রায়াগী খোঞ্জেল. অরাবগী যন্ত্র খোংবা

অনুবাধা — (কপ্পুনা লৈবা)

মায়া — নংবু ফপমল্লে তোকলো, সে ··· তোকও ···।

অনুরাধা - ( কপ্পা কপ্পা ) পাংলবা পুক্লিংবু মরাং হৌহনবা নখোয় ময়াম কদোমদা চংগ্রে ? ঐবু করি ওই-হল্লবা । মায়া, আশাগী তেলঙ্গা কয়াদা রাংনা থাগৎ-লুবা, লংগী অরোইবদি দোয়ীদা কিশি কিহৌদেদো।

মায়া — অতুক য়াম্না কোইথোক্লবগী কান্নদে, হৌখ্রসন্নু, মহাকপু কাওথোক্লবা হোৎনৌ।

অনুরাধা — হৌজ হৌজ কয়ারক্লো নংনা ঐঙোন্দা ··· নংনা ঐঙোন্দা মাগী মুংশি মপাওনি হায়হনা ·· ।

মায়া — অনুরাধা কয়ে মহু ঐগী ইরালনি, ঐ করি তৌগে ?

অনুরাধা — করি তৌরুনী পাংলবী থম্মোইসে য়ারকে অসুম্মক

কপহনগে. নহাক্ত খামগনু।

মায়া — ঐসু মসুম্মা থোকনিদি থাজরুদে. নংগী মুংঙাইগদবা অমদা —।

অনুরাধা — করে, মায়া ঐ কপ্লরোই মসি পুম্বসি নংনা শেম্বা ওমব্রনে? ঙাইহাক নিংঙকপগী পংহায় হায়বনি, যন্দা ময়াই কায়কপা শামু লমশাগী লম্বীবু নংনা থংপা ওমলুগদ্রা মাগী 'মুংদা লৈবা রাখলবু কনানা উবা ওম্নি? করিমত্তা অমুক খল্লরোই।

মায়া — অহুম্মা খন্দোক্লবা হোৎনৌ তুমিন্না লৈরসিকো অমুক কপ্লগনু; হোরেন মুংদাংদি ঐসু নখোয়দা লাকে অবোক্কী মোইথাপ নাইবদো খর য়াওরগে অহুগা অবোক্কী ফুঙ্গা রারী মথা চংথহনসি।

অনুরাধা — (অমুক কপ্লকপা) অমুক তুমিন লৈরবনু নহালদি নংনা হায়খিবদাই ··। মীৎয়েংহু কি, করিগী তুমিন্না লৈরিবনো? ঐবু কপহন্নবা নংনা হোৎনখিবদাই।

মায়া — অসুক রাঙাং হৈবী অসুক চংখোনবী নহাক্কী অমবু মহাক্না হুদোক্লম্বসি অঙকপনি। খৌগংলবা খোইমুনা অচিকপদা শাৎপী লৈহি চোল্লবা লৈবু উরগা নাথৈহুনা পাইখিবগুম্বনি।

রাজকুমার— কৈদৌঙৈদা পাইখিদে. কৈদৌঙৈদসু পাইরোই মালংবগী শাফুনা কন্দুনা ঙাইহাক শাখপ থৈদোকখিবদি য়াই শোইদনমক্কী হল্লক্নি।

অনুরাধা — (কপ্পা) লেংবীগ্রো. মকমসিদগী লেংবীগ্রো।

রাজকুমার— ঐনা হায়বসে অমুক্তা তাবীখো।

অনুরাধা — লে'বীখ্রো কন্নিমংতা পামজগ্রে।

রাজকুমার— শাওখিগ্ন অমুক্তদি তাবীয়ু।

অনুরাধা — মতমদো নগ্রে।

মায়া — (লোল্লপা) অদুগী শরুক অরোইবা ওইনা. পেন্নবা চৈহৌ, ঐ যনশিংশে লোইশল্ল

রাজকুমার— চৈবীয়ু, ঐ য়াই চৈবীয়ু —।

ভাইহাক তুমিন্না লৈরে।

রা ভাংনকম খংগ্রে।

রাজকুমার— ঐনা নঙোন্দ য়াম্না লানবগুম থোকখ্রে, রারৌকমসু থোকই অদুব খুনথরুরবদি ঐগী ইরালদি নত্তে, ঐদি লুহোংগনীসু থংলুদে অদুগা সুকয়াসু য়াজদবনি। অচুম্বনি রারীপুম্বা অমক্তদি তাবীয়ু।

অনুরাধা — থংলে ··· যুবরাজনা সুকয়া য়াদনা পাবুং মহারাজহোয়না শিনবনি ··· নত্রা?

রাজকুমার— লোইনা অমক্তা তাবীখো।

অনুরাধা — পুন্নমকতি খংলে, অমদি তাকপিয়ু মজাইবেম্মচুনা ঐনা করি কৌগনি?

রাজকুমার— মক্ত্রবা ঐগী থম্মোইদা নংনা ঐবু সুংশিন্নবদি অচুম্বা

করেম্নবীকম থোক্তে।

অনুরাধা — করেম্নবা ঈশ্বরগুম্না চাওবা মহারাজ. যুবরাজংহোইনা ঐখোয় অপিথকপু করেম্নবিরিবরা নত্রগা ঐহাক্না যুবরাজদা করেম্নরীবরা। ঐহাক্তি অহানবা উনব· মক্তদা হায়জখিবত্নি নারক্তা মপু পান্দনা শাৎপী লৈরাংগুম্বনি হেকপিনিংবা মতমদা হেকপীয়ু অদুবু গুসিদি করি ওইরে?

রাজকুমার— গুসিমক হেল্লগনি নিংথৌ কোন্দা থেল্লগনি. মহাক্তি নোংম নত্রগা নোংম চৎখিগদবনি লাও চৎলসি, গুসিসু ঐ নংগীদমক লেপ্লী নংসু ঐগীদমক লেপ্লীয়ু, চৎলসি।

অনুরাধা — কদাইদা?

রাজকুমার— পন্থংকমদা।

অনুরাধা — করম্বা পন্থংকম?

রাজকুমার— ঐখোয়নিগী।

অনুরাধা — (বপ্না ওইরম্লোই; যুবরাজ ইবুংঙো কদোমদগীমো খংদে গুসিদি ইদোম রাম্রৌজবগী লৈচিন নোংকাইনা থম্মোই অভিয়াসে শিমখে, ঐ কনামৎতা রাম্রৌদে, ইত্তিকসু নত্তে, যুবরাজগী থম্মোইদু. খংলে, অদুবু থৌদৌ অসিবুদি করম্বা চুপী ওইবীনা থাংবা গুমগনি। পাবুং মহারাজ ইমাইবেম্মা মহারানীগী অপাম্বদুদি অদুম্মক থুংহল্লো। কায়দে মসিপুম্বসে ইত্তিক নত্তবা

ঐহাক্না নিংঙিং মাংজিংননা ইত্তিকনি, খল্লুবা মিকুপ
খরা য়াওখে। ঐস্থ খভদবদি নত্তে ঐগুন্বী চাকনি-
ফিনিবী যনখেনবী এমনা মনা কোন্নুংদা, অহুব
যুবরাজনদি, মায়ানদি ... (কপ্পকপা) ...।

রাজকুমার — ঐহাক ছিংলিত্তৈদা ঐগী মাংদা নহাক্না অত্নয়া খক
কপ্পা য়ারোই। লাও হৌজিকমক চৎলসি. ...।

অনুরাধা — থাদোকপিয় সে থাদোকপিয় ।

রাজকুমার— থাদোক্লরোই ।

অনুরাধা — চিংবীগন্নু থাদোকপীয়. করিমৎতা খম্বীদবরা
হেন্না খুদোংথিবা মকম অমদা অমুক থুংলুরগনি
হায়বা ?

রাজকুমার - স্নংথা থাদোক্লরোই ।

অনুরাধা — ঐগীদমকস্থ খর খনবীয় মহারাজগী বারেল চৈরাক
কংগনি। লৈবাক প্রজানা "তৌভন্বীনি" হায়হ্ননা
শিরাপ তৌরকনি, মহুস্থ কংজরগে। লানজদবী
ইশুং ইমায়বী অহ্নগী মকাদা অয়েৎপা ওইবহ্নদি
ঐহাক শুকভম ভমজরোই।

রাজকুমার- য়েৎলিবদি মহাক্নী ...।

অনুরাধা — ঐহাক্তি হম্বীনি ছুমিন্না খাংবা ভমজগনি, মহাক্তী
ভমলোই, শোইদনমক বাথোক ওইগনি, (ইংনা তপ্পা)
সে থাদোকপীয়; হায়বা ইনজদবগীদমক রাপ্রোবীগন্নু ।
(ফিংলপ্পা) হায়না হায়না মহারাজ খোংলোই খরনা

লৌইনবা লেংলক্লে। ঐ শিখিবনা কয়ে, কদোমদা নাবৈশনি, করি খুমগনি।

রাজকুমার কদোমদঙ্গো চেনখ্রসি।

অনুরাধা — যুবরাজ লেংবীগ্রো।

রাজকুমার— নহাক য়াওদনা ঐহাক কদাইদসু চংলোট।

অনুরাধা — যুবরাজ ঐগী শিংলি-নাওরী পুম্নমক কাজিনবগুম তোরে, ঈগী ঈচেলসি লেপখ্রবরা করিনো, মীং পাংনা পাংনা মঙলাক্লবেদো ?

তৌকম থংনদবদগী ঙাইহাক শরক শিনৈ।

মহারাজ — ইকাইদবা, নংদি শাদগীসু হেন্না তোল্লি (খোংলোইশা) শা তংদো যাহুনা পুগ্রো। করি য়েংলি, ফাওনে অহুনি যঙ্গোলদ পুল্লসু। লেম্না (নোক্লগা) উরবরা ইকাইদবী, নহাক্লীনা হন্দকী মপোক্লদি কোন্নুংগী মহারানী নত্তে মীনাই ফাওবা ওইরবোই। ঙসিদগী অমুক খল্লরগসু .. মচু মাম্নৈ হায়হুনা নাতোনচাবী লৈনা গুলাপকুম্না লাইশং য়ৌবদি ওইথোক্লরোই।

অনুবাধা — ( কপ্পকপা )

মহারাজ — কপশম্নগসু ... লৌনম চাওবী, মহুনা ঐগী থম্মোই পেৎকদবা নত্তে। লৈবাক কাংখোং চাইহল্লি নিংথৌ শেম্বা লৌভুনরম্বী হায়হুনা উপাল অসিদা পুল্লগা হিংনা মৈ থাবদা নথ্রাইহু কনানা কনবীগনি, কনানসু ঙম্নোই। অহুব ঐসু অহুক থম্মোই কনগদবনি

মতে, অদুগী শরুক ঐ হায়গে ··· খুজং অসি থাদোক্তুনা, চৎখিগদবনি, ঐনা খুজং অমা তাকনি, মকমন্থলা লোৎতুনা লৈগদবনি। মনাস্থু চাওনা পীগনি। মদুগীদমক শেম শাও।

ওাইহাক লৈরগা

মায়া — (লোল্লপ্পা) করম্বা সনা য়াথং তাওথরম্মে?

অনুরাধা — মহাক্না অহানবা উনবকান্দ ইরোম্নুংদা চোংথনুনা থরাই অসে থারম্বনা খুাইদগী করম্মী।

মায়া — করি হায়রম্বগে?

অনুরাধা — ঐ, ঐগী পোকচকম খুজং অসিদা লৈবা য়াত্রে, মহাক্না শককম উজকাওবা ফংলরোই। মায়া, নিংথৌদি মুংশিৎকুম্বনি ঐখোয়না তাঙ্গোইনি। হায়রু লৈবাক নিংথৌগী য়াথং ওাকপনা কবরা নত্রগা লাইজ ইরোম্নুংসিদা চোংথনুনা থারাই অসে থাখিনুনা অরাবা পুম্বসি কোকশ্বসিরা?

মায়া — যুবরাজগা অমুকতংগা উন্নখো।

অনুরাধা — উন্নরবোই, উন্নরগা করি হায়রুনি। মহারাজনস্থু করি হায়রম্মী খংবরা?

মায়া — খংলে হায়রমগদবনু।

অনুরাধা — ঐখোয়দি অহিংবা নত্রবনি; ঐখোয়গী লাইবক্তী আত্মাঘাট হায়বনুনা মতিক চাবনি অদুবু ইকাই খংদবী থম্মোই অসিগীদমক হিংবা তারীমাল্লে।

হয়েংমক অবোকপু পুৱুগা খুল অসি থাদোক্তনা চৎখ্রগে। মায়া অসুমবু ছিংলবদি কন'না খঙনি, পুল্লি অসিদা মিকুপ অমত্তং ওইরবসু উজবা ফংল-কপা য়াই।

মায়া — থংদে, করি হায়গদবনো, মতাং অসি য়ৌরবদি ঐগী য়াথল য়াংমা লানথ্রে।

অনুরাধা — লানথ্রসনু, ঐ করিসু খনদ্রে। নহাক্তি মফম অসিদা অসুম্মক লৈহৌখো; মফম অসিগী য়ারিগা ইরোইন-হৌখো। অদুগা যুবরাজসু ওসিমক আ সনা কোন্নং য়ৌখিগদবা মাল্লি, অদুবু মন্নক মন্নকক্তা মহাক্তি লাকপা য়াইকো। ... ... ... ... ...

মায়ানা কপ্পকপা

নংসু কপ্পবরাও, কপকনু ঐঙোন্দদি থাম্লগা সে খুজিসে খর পিবিয়ু ... অদুগা হায়বীয়ু ...
খুঙং অসিদা লাইবক থিবী অনুরাধাগী য়াম্লিদি নমদুনা লোইহনবীখ্রে।

## মাপলশুবা শরুক

সনা কোম্ভুংগী কজনা লৈতেংলবা কা অমদনি।

শ্বরনকুমারী—সনা য়াথং অমতং ঙাইজরী।

রাজকুমার —হায়বীয় মজা ইবেম্মা।

শ্বরনকুমারী কয়াদা কোইনা খুম্বীরকখ্ৰবা পাওখুম্মো? ঐহাক্তি ননাই মুপীনি।

রাজকুমার —করি তৌরবা?

শ্বরনকুমারী—ঐ মতম থরা চৎচরুখিগে।

রাজকুমার —মতম থরগীদমক্লা?

শ্বরনকুমারী—মতম থর নত্রগা পুন্সিগী ওইনা হায়বসে যুবরাজগী অনিংবগী মথা পোলহনজগনি।

রাজকুমার —ঐদি. অহানবা উনবমক্তদা হায়খ্ৰবত্নি।

শ্বরনকুমারী—রতনপুরীগী রাজকুমারীসু চিংনখিদবা, থংখিদবদি নত্তে অলকা লৈবাকী যুবরাজ অসুক লিংজেল খাই,

অমুক পুক্লিং চেৎলি হায়ৰা।

রাজকুমার — মহুগী মমাংদা মসিমগা খংলম্লবদি অলকা লৈবাক্কী নিংথৌদি রা অনি ঙাংদে, তোল্লবা কনা লৈজদ্রবী অমবু থম্মোই শোকহননিংদে হায়না।

শ্বরনকুমারী — রতনপুরীদা লেংবীরক্লিঙৈদা অঙম অথৌ ইমা মহারানীগী শরৌ অহু খ৲বীরম্লবদি।

রাজকুমার — মুমিৎতুদা রাজকৈন্যাস্মু ঐগী ইনাক্তা লাক্লমদ্রবদি ঙসিগী অসিগুম্বা অমুক ঙাংনরম্মোই।

শ্বরনকুমারী — ঙসি অসিগীদমক যুবরাজগী পুক্লিং য়াম্না মুংনা ৰরা. ঐ মখা শাংথরোই. ইশাগী মুংঙাইনৰগীদমক মীগী পুক্লিং অমৎতা খংদনা কপতুনা হায়জগদবা ঐগাক্তি নত্তে, অমরোমদা করি তৌবগে ... ... খরস্মু মঙাংনসি য়েংউ. রতনপুরীদা অসিগুম্বা থম্মোই লাইমন ওইনবা লুহোংঙমদাইদা খরা ঙাংনখিবহু নত্তনা রাহে অমৎতস্মু ঙাংনদ্রি অমুক্তস্মু উনদ্রি কনানা খ৲বা ঙসি সনা য়াথং ক্বংজহুনা চৎখিবদগী পুন্সি অসিদা অমুক উম্নদবস্মু।

রাজকুমার — ( খরদি মুংঙাইতৰগী মওং ) 'রাজকৈন্যা"।

শ্বরনকুমারী — ঐ ইশাগীদমক্তি করিমৎতা নিংঙমদবস্মু তৌদে অহুবু যুবরাজ অমদি অমুরাধাগী মফমদা ঐনা কয়াদা লাল্লবনো কয়াদা নি'বা কায়নরবনো. পাপ অসিমদি পুন্সিচুপ্পা প্রাইচিত তৌহুনস্মু কোক্কদবা মানদ্রে। ঐহাক মফমসিদা হেক লাকপগা মহাকপু উম্নহুনা রারি

পুম্বা লিথোক্কে অমদি পুন্নমকসে মঙোন্দ শিন্নগে খনজরম্বনি অহুবু পাবুং মহারাজ অমদি ইমা মহা-রানীনা করি খনখিগদগে হায়না নিংজং মাংজীং-নরিভৈদা মহাক চংখিবনা হানথ্রে কদাইদা চংলমগনি ?

রাজকুমার — ফরে তোক্লো।

খরনকুমারী—অহুবু পুন্সি অসিদা মহাক্কা অহানবা উন্নবমক্তদা মাগী মকমদা ইকোক অসি নোনগনি অমদি রারী-পুম্বা লিথোক্কনি ।

রাজকুমার — ফরে তোক্লো মতুগী মতম হেনথ্রে ।

খরনকুমারী—কনমক ওইহুনস্থ শিংবা ওন্নরোইদবা যুবরাজগী লমন অমস্থ পুন্সি অসিদা তোনশিনজরে। মুমিৎ-অহুদা লৈবক অনিগী নিথৌ অঙম অথৌশিংনা ইকাইগদবা য়েংথিনহৌগদবস্থ ঐনা হায়জবা যাবী-বদগী কনবিরে।

রাজকুমার — (খর কপ্না) ওকলে রাজকৈন্যা …।

খরনকুমারী— ফরে, ঐগী হায়নিংবস্থ লোটরে (কল্লপ্না) য়ানিং-ত্রবস্থ যুবরাজনা লুহোংবীখিবা ননাই মুপীনি, খুয়াখাগী উফুল অহুদি পিনবীয়ু, আশির্ব্বাদস্থ পীনবীয়ু পুন্সি অসিদা অমুক য়েংচরোই।

বাঁসিগী শুর মতেক জমা

## তরাশুবা শরুক

শগোল গাড়ীগী মখোল, লম্বী দৃশ্যনি।

রাজকুমার—মায়া য়োগদবা কয়াম রাংলি ?

মায়া —য়োয়নিদা।

রাজকুমার—মহাক শোয়দনা লৈরমগনিকো ?

মায়া —ঐভোন্দা হায়রম্বগা হায়রবদি লৈকম থোকই।

রাজকুমার—থংদে, ঐখোয়নিবু পুন্সি চুপ্পা কায়নবা হায়বচু ওইগদ্রা ? লৈরমদ্রবদি ঐস্থু অমুক হন্নরোই।

মায়া —তপথবীয়ু পুক্লিংচু।

রাজকুমার—পুক্লিং অসি লৈতাবা ওন্মকত্রে। মহাক্না ঐবু য়াম্না রাব্লোরমদ্রা ? কন্নি কন্নি হায়রম্মী।

মায়া —মহাক্না যুবরাজবুদি রাব্লোরমদে, মীওইবগী থেম্নবা অচৌ-পিশক থায়রীবা ··· থংদে ··· মকম থংদনা।

রাজকুমার—অচুথঙ্গরা ?

মায়া —অহোই।

রাজকুমার—নত্তে, এবু য়াম্না চৈরমগনি মহাকী থম্মোইহৈনা ছায়রমগদবতু ঐ থংলে ··· ··· কজবা শেমপাকতা হাপ্পা মচু ঙানবা লৈ ঙাক্তনা লৈ নত্তে, মচু য়াওবা অপরাজিতসু লৈনি। থ্রৈনা চিংনরীবদি মহাক্না ঙসি অমুক ছায়রকত্রা মচু য়াওবা লৈরাং অপরাজিততু লৈমন চনগ্রে।

মায়া — মতুদা অমুক কোয়থোক্লবগী করি কামরুগদগে ?

রাজকুমার— ঙম্মু মাগী মপাওদো, থরা কপচরবসু মতুদা মুংঙাইবা ঙম্ব্রা য়েংগে।

মায়া —যৌরক্রে, তোক্লসি গলিসিগী অরোইবদা ওইরমগনি, উখাসিদা ঙাইহাক পোৎথাবীরম্মু — ··· মহাকী মপাও লৌরুগে।

রাজকুমার—থ্রহাক চংলকপা য়াব·য়াদবগী য়াথংসু লৌরকউ।

মায়া —যুবরাজ।

রাজকুমার— থিন্দনা হল্লকউ থম্মোই অসে তপথবা য়াদ্রে ওথোক্না খোইরাংওে ··· ··· ।

<u>রাজকুমার থনম্মগা মায়া অনুরাধাগী মনাক্তা চংগ্রে।</u>

অনুরাধা — মায়া নংসু লাক্লিবোইরে ?

মায়া —থ্রৈ লাক্লবনি (লোল্লপ্না) রাজকুমারগা লোইনরকপনি, (অনুরাধা কপলকপা) মহাক ঙাওচংনরে; রাজকৈন্যা অতুসু রত্নপুরীদা হনগ্রে, যুবরাজনা নংবুতা শোন্দুনা লৈ, অরোইবা থোংচৎ ওইনা নংগী থোংজ্জল লিরক্লবনি।

অনুরাধা — (কপ্পা) অরোইবা ··· করি তৌরুনি, ঐগীসু সোমদা
অরোইবহ্ ওইরে · — নং উদবরা শেম
শাহৌরীবা মায়মদো ?

মায়া —(অরাবগী শ্বর অমগা লোইননা ) ঐসু হেক চংল-
কপদা চিংনরবনি, কৈদোঁউনো ?

অনুরাধা —ঙসিমক্কি ।

মায়া — মহাক্তুদি কনানো ?

অনুরাধা —খুঙ্গংসিগী ষনজেননহানি ।

মায়া —(কপ্পকপা) নংগীদমক ঐনতুম শিনিংই। করিগী অতুক
য়াম্না শাওরীবনো ?

অনুরাধা — শাওবা নত্তে, অমৎতা ঙাইবী অবোকসিগী য়াথং
ইনবীরবনি, ঐগী পুক্কিংদি নংনা খংলিবতুনি, মায়া,
ফবদি মসিনা য়াম্না ফরে, মসি ওইরবদি পুম্নমক
লোইরবনি ।

মায়া —ঐনা মঙোন্দা করি হায়দোকলুগনি গলি অসিগী
অরোইবা উখাদা লৈহৌবনি ।

অনুরাধা — (কপ্পা) ঐ অমুক লাইবক থিবিসিবু সংসার অসিদা
কনা লৈরমগনি হায়রু ঐগী করি উপায় লৈ,
ঐগুম্বনা পল অসি লানবা ঙমকম থোকপ্রা ---- ।
(ঙাইহাক কপমিম্নবা) ঙসি হায়বা নুমিৎসিদা ঐগী
অরোইবদো লাকহনবীরো । মায়া চৎলো মহাকপু
লেংশনহনবীরকলো খুয়া উফুল লৌজহোগে, পুক্কিংদা

নিজগে ঙসিমক সংসার থাদোকচবা ঙমহনবীয়।

অনুরাধা কপ্পা কপ্পা লৈহৌরে

মায়া রাজকুমার কৌশিনবা থোক্লকই।

রাজকুমার—মহাক লৈহৌবরা ?

মায়া —লৈহৌই অহুবু ...।

রাজকুমার—অহুবু করি তৌরবা ?

মায়া —ফিজোল ফজনা লৈতেংহুনা চৎনরিবা মীশিংসে উরবরা ?

রাজকুমার—মায়া ... ।

মায়া —মঙ্গোলগী সেহনাই খোংবা কাংবু অমা সেহনাই পুহুনা চৎলিবসে উরবরা ?

রাজকুমার—ভাব তারে. মচু রাঙবা, লৈরাং অপরাজিত পাম্বী ক'লেদনা, পুন্সিগী ওইনা অমুক শাংলরোই... নত্রা... ?

মায়া —লেংবদি লেংশিল্লুখিশি মহাক্না হায়জরকই।

রাজকুমার—মায়া।

মায়া —লেংশল্লুখিশি।

রাজকুমার—ঐ চংলরোই, হনখ্রগে — নহাক্তি লৈহৌরো।

মায়া —মহাক্না য়াম্না রারৌরনি।

রাজকুমার—রারৌনিংবা মথৈ রারৌরসমু, মহাকপু উরবদি অক-ক্তা খংদনা মহাকপু পুহুনা চেন্নীংলকপা য়াই ... ?

মায়া —যুবরাজ ... ।

রাজকুমার—(খোঞ্জেল কাইনা) ... মায়া, করি তৌরুনি, নহাল-মথৈ লাংজরকপা শেমজরকপা ময়ামদো মিকুপসিদা

লোইবা হায়রম্বনি। ওসিগী মুমিং অসিদগী হেন্না নিংঙমদবা পুক্লিং মুংশিবা মুমিং অমা ঐ মায়োক্ন-খিজ্রি, ঐনা খুত্থম চনবা ওয়রোইদবা অচৌবা লানফম অমনি। য়েংউ, মুপাগী থম্মোইনবু কদাইদগী পিনো? কনাগীদমকনো? মহাক্তি মসি থংদবগুম তৌই, ঐনা থজিকতং শোইথিবগীদমক মানা ঐবু য়ারোখ্রে। ঐখোয়নিগী য়ারিস্থ ওসিদগী মাগী মফমদদি লোইখ্রে। অদুবু ওসিদগী অনৌবা পন্দুপ অমা ঐগী থম্মোই-মুংদদি ইবা হৌগৎলগনি। সে, খুজি অসে মঙোন্দ অমুক পিবিয়ু। হায়বীয়ু — পুন্সি অসিদা ঐনা ইহান হান্না পায়জখিবা অনুরাধাগী খুজেংদা নত্তনা কনাবৎতগী খুজেংদা লৈহন্নিংদে। অদুগা খুদং অদুদা অনুরাধাগী য়ান্নীস্থ লোইবা নাইরোই।

মায়া —যুবরাজ. মহাকপু ঙাকপীয়ু, ঐহাক্তি লোইনমক খংজি, আশির্ব্বাদ পিবিয়ু...।

রাজকুমার—"আশির্ব্বাদ" ... ঐঙোন্দা কাওরীবা কায়নবগী অরাবসে মহাক্তী অমৎতা কাওদবা ওইসমু ..।

রাহেশিং অসি হায়রম্মগা রাজকুমার পুন্সিগী ওইনা হল্লক্রে

শংগোল গাড়ীগী মথোল

তরামাথোইশুবা শরুক

চীংয়া তময়াগী উচেক ব্রায়াগী থোঙ্গেলনক্কা।

মহারাজ —(থাপ্লপ্পা) করিনো নিংঙাই শা.দ'ইনবীবহ্? (মকশল্লগা) মহারানী, নচাগী অপাম্বহুদা অমুক য়েংলুরম্মু।

মহারানী —মহারাজ ইকুংঙো ... !

মহারাজ —য়াররোই, ইচানা চহি মরিতা ঙাইখ্রিঙেদা মকম অসিদা নোংম হুমিৎচুপ্পা ভৌখিবা নিংঙাইদো নিং শিংত্রবা, .. নিংশিংত্রবনে ... ?

মহারানী —নিংশিংজরী!

মহারাজ —অহুনি, নচাগী গুন খংলমত্রি, হায়য় ইচাগী অপাম্বা করিনো?

মহারানী —মহারাজ।

মহারাজ —হায়য়ুনে করিনো ইচাগী অপাম্বহ্ ঐনা শোয়দনমক থুংহনগনি।

রাজকুমার - পাবুং?

মহারাজ —কয়িম্নৎতা চিংনর্দনা হায়য়।

রাজকুমার—ঐগী আপাম্বা হায়ববু পাবুংনা শোনজম্লক্লবা মতমদা নিংথৌ খুভম ইনাওমুপাদা শিম্নবীয়, ঐহাক্তী খুঙ্গং অসিদগী হনজয়োই।

মহারাজ —অতুখক্তরা?

রাজকুমার—নৎচদে খুঙ্গং অসিদা "আশ্রম" অমা লিংখৎচদুনা অতোন অতাগী সেবা কংজদুনা পুক্লিং শান্তি ফংনবা হোৎনজগে।

মহারাজ —ইচানা তৌনিংবতা তৌ খুঙ্গংসিগী প্রজাগীবু থোই-দোক্লা কাইত্রবদি. মতুদা ঐগী অয়েংপা অমৎতা লৈরোই।

রাজকুমার—পাবুং।

মহারানী —তাকপিরিবা রাকমসিবু?

মহারাজ —মহারানী, ... মসিনা থ্বাইদগী করবনি। ইচানা অপাম্বতা তৌরসমু। ঐ থংলে থিংবা রাররোই। অদুগা ঐখোয়দি হয়েং খুন অসি থাদোক্লবা শে শারুররসি।

নিংশিংবগী বারি লোইরবা।

অরোইবা শরুক

রাত্রি লিবা লোইববা—হায়রগী চাংয়া তময়া মুংশিরবা উচেক রায়াগী খোঙ্গেলগা লোইননা।

রাজকুমার—ঘনশ্যাম, অসিনি, অনুরাধাদা য়ুমকম ওইখিবা আশ্রমনি লম অসি অনুরাধাগী খুঙ্গংনি। মসিবু, ঐনা অনুরাধাপুর হায়না থোল্লে। আশ্রম অসিনা অনুরাধাপুর আশ্রম।

ঘনশ্যাম —মজা ইবুংঙো, ওসিদি মুংশিরবা রাত্রি অসি তাজবদা হায়রনিংঙাই লৈতনা, .. অতুগা রাকম অনত্তং ... ।

রাজকুমার করম্বা রাকম ... ?

ঘনশ্যাম —রতনপুরগী মজাইবেম্মা শয়নকুমারীনা করম ভোরী। মহাক্কীদমক ওম্মোরা মুংঙাইতে।

রাজকুমার—চহি অনিগী মমাংদা অসিগুম্বা নোংজুথা অমম

মহাক আশ্রম অসিদা লাক্লম্মী, মথা ইথং থ'বা মী-
থু'শং অসিদা অহিং অমা নোং থুপথি, কনামৎতা
খংলম্নোই মহাক লোম্না লাক্লম্মী।

ঘনশ্যাম — সনা ইবুংঙো ··· ।

রাজকুমার— মহাক্না ঐগী খুয়া উফুল লৌখি অতুগা হাযবম্মী—
পুক্লিংবু খুতুম চনবা ওস্বা পীনবীয়ু মতম অমদা
মহাকসু আশ্রম অসিদা লাক্কনি ।
ঐনা হায়খি মতুদা অকায়বা করিস্নু লৈতে ··· ।

ঘনশ্যাম – (অন্নাবগী শ্বরদা) ও ··· অতুগা রাকম অমসু ··· ।

রাজকুমার·· "অনুরাধাগী" মপাওরা?

ঘনশ্যাম -- অহোই ··· ।

রাজকুমার·-- মহাক্না থম্মোইনা ঐবু ওাকপিগ্রে, ঐগী সনাগী
খুজিদো মহাক্না লৌশিনবীদবনা মায়াদা মতম
কুইনা লৈরম্বনি, খুজিদো লৌশিনবীগ্রে হায়বগী
পাও ফংদে। অদুবু ······ ঘনশ্যাম, (ইংনা
লেপ্না নোক্লগা) [illegible] হেক হৌবা ঐগী থম্মোইগী
অনাবা ওসিদি নংনা অঁমুক হৌহল্লেদো, সুম্মিৎ মন্নি
মওানিদি ঐ কন্নামৎতা উন্নরয়োই, পুম্নমক নংনা
কনম্বা শিল্লো। ঐ ফমুংদা হিপলুরগে, অতুগা রান্নী
অসে অতৈদা শাদোকসু ··· ।

লোইরবা

# রাহৌদোক

মীওইৰগী পুন্সি হায়ৰসিবু করিনো? অসি ওইনি হায়নিংঙাই লৈতে। মানা মানা ওইব্রিবা ফিভম কনানা হায়নি ··· মাগী মাগী নোমজমন্নি, নহানপোক্কী কর্ম্মগী ফলনি, লাইবক্নি, নত্রগা ঈশ্বরনা তম্বনি অসিনচিংবা। ৰাফম অসিদি য়েৎনবগী লোইবা নাইরোই, ৰাফমসিদি মাগী মাগী থাজবা ওইরসন্নু। অমরোমদা পুন্সি হায়বসে চিংনুংদা অখুবা লম্বী অমদা চৎলিবা হৰাগাড়ীগুম্বনি, খুজিক্কুং শোয়র্থিবদা লোকখা য়োৗগদৌরিবনি। অশোয়বা ওইবা য়াই নত্রগা করি ওইনি, পুন্সি অনিথক্কী ৰারিদি অসিনি ····· মখোয় অনিদো মরূপ-মপাং কয়া লৈরমদে, শাগৈস্নু পিকই অতুম ওইনমক খুঙ্গংগী মচি অমদা অমত্তা পোকচবা মচানুপা অমগা মুঙাইনা লৈজরম্মী। নোংমদি মচানুপাদো মী হাৎলুই হায়তুনা দারোগানা ফারম্মী। লৈজবা ইংখোল সম্পত্তি পুন্নমক য়োনথোকতুনা মচানুপাবু ফার্সিগী সগাইদগী শত্তোকহৌনবা ৰিচারপত্তিদা শেল পিজরম্মী। উচিন-নাচিন্না ৰায়েল বিচারগী খয়াত্তগী কলহৌরে অতুবু মচানুপাদু অয়ুক অমা থোকখিবদগী ময়মদা অমুক হল্লকখিদ্রে। মীনা মাবু হাৎপ্রবরা, লংফৈদা লোৎপ্রবরা অসিনচিংবা কনামৎতনা করিমৎতা থংনখিদ্রে ··· ···। মখোয় অনিদো মচা হল্লকতবগী অৰাবা, লৈত-লাইরবগী চৈথেংনা কম্না ফুরম্মী। শুফম নোমফম ফৰুক তারম্মী। মুঙ খরা খয়া থুগাইজরম্বা, পোৎ খরা খরা হোল্লম্বা

মতুফাওবা কংলকখিদ্রে, নোংমগী খুৎশুমন লৈরকতরে। অমগী য়ুমদা থা অমা অমগী য়ুমদা মুমিৎ তরানি লৈরম্বদগী লৈফম লৈরকতরে। চহি শরগী তুংদদি ফিভম য়াম্না শোকচিল্লম্মী, শেৎনবা মফি-মরোল শেগাইরবা অমমমতা ভাররে, চাদবা থক্কবা মুমিংস্ম মশিং খংদ্রে। সমাজগী হৌন-লোনচৎ, অকে-অমৌ, হরাও কুম্মে শম্নদবা মীওই ওইরক্লে। শিবমক্তি ভমদনা হিংদবদি য়াদবনিনা শেল অমদি অচা-অথক লৈবা কৈথেন্দা থোরক্লে। অরেম-অপা, অতা অতু খুল্লম্বদগী নিবস্থ হৌরক্লে ‥। মীগী মিয়েংদা মখোয় অনি অভাওবা অভাওবী ওইরক্লে। মুপা অতুবুনা চাচা কৌই, মুপী অতু-বুনা রুহিনি কৌই। অতুবু শম্না রুহি চাচা হায়না খঙনখ্রে। সমাজ অসিদা মখোয়না হিংবগী খোল্লাও, খোঞ্জেল অমৎতা তাবীখিদ্রে। লোন-থোক্কবা ওইনা উনরে, অতুবু মখোয়গী লোল অমদি লৈজরী।

---

# "লোন-থোক্তবগী লোল"

## অহানবা শরুক

লম্বী-শরক্কী ইরাঙ লাঙই

অহানবা অঙাং— এ, মখোয়সিদ লৈরে।

অনিশুবা অঙাং— নুপী অসিগী খাওসি লাকঅগা চেনসিরা?

অহানবা অঙাং— অদুদি কিজে।

অনিশুবা অঙাং— লৈতুন্না থাসিরা?

অহানবা অঙাং— নং লৈতুম খুল্লুচো ঐ লম্নবমগে। রুহি চাচা · অঙাওবা অঙাওবা ·· রুহি চাচা · বোড়া হুরানবা চাচা ··· চাচা অঙাওবা ·।

অনিশুবা অঙাং— লৈতুম লৈতেনা খাও অসে লাকউসি, করি য়াওবগে য়েংসি ···।

অহানবা অঙাং— নং লাকউচো ঐদি তল্লি ···।

অনিশুবা অঙাং · নং য়াওদ্রবদি ঐসু তল্লি ··।

অহানবা অঙাং— ঐখোয়নি সুম ইন্নরুসি ··।

পুন্না লরুবা— রুহি চাচা বোড়া হুরানবা
রুহি চাচা ··· ফদি পুবা
রুহি চাচা কুকু কুকু ঊশিং খুজোকসে থরু্রাও,
কুকু কুকু চেং খুয়াসে লৌরুরাও
( অসুম্না লরুবগী খোঞ্জেল মরক্তা )

চাচা — নখোয় তুমিন লৈয়ুকো, ··· নখোয়হুম ঙাওরো, নখোয়হুম কুকু কুকু খুপাক চারুরাও কুকু কুকু ন্নাচৈ চারুরাও।

রুহিনি— নংহুম তুমিন লৈয়ুদা।

চাচা — করিগী লৈগদৌরিবনো মুংতিগী অসুম লরুরিবসে অমুক্তং য়াদে হায়না খংহন্দ্রবদি।

রুহিনি— অহুবু করিবু তৌরবগে, পংলাও লাওজববু ··।

চাচা — তাবদা মুংঙাইতে।

রুহিনি— লাওজসনু, লরুজসনু, অঙাংনিদনা; ঐখোয়গী মীংবু কন্না কন্না লাওজরগা মখোয়গী অপেনবা মুংঙাইবা হায়বহ্ ওইজরবদি লাওজসনু ···।

চাচা — কদাইদগী মুংঙাইগদৌরিবনো ? ঐখোয়বু উরগা মখোয়-দৌ মফম মরাং খংদনা শিকপা জাৎনি।

রুহিনি— অহু ওইরবসু ফৈ, ঐখোয়না লাল্লুবদি নত্তেদনা;

× × × × × ×

চাচা — অমুক্তগা চৎলগা ময়েংঙুসি, মখোয়গীহুনা জগা থরা চাওই।

রুহিনি— ওইরোইদবা রানি, ঙরাং অহুক শাওরকইবহুবু, ঙসি ঐখোয় অমুকসু উরগা শাওবা ফগদ্রনে।

চাচা — চৎতি মচৎলুসি, ঐখোয়গী চৎকম অতৈ লৈতে। অমদা চৎলবস্থ অহুম্মক তানখোরক্লনি। শং মচা অহুনা কনানা থুদেক্লগা পুথ্রবা .. ।

রুহিনি— কনাগুম্বা লৈতবা মী অমনা শীং ওইনা পুরমগনি ..।

চাচা — থোং মখা অহুস্থ থাং পায়বা মী হাংপা শক্তাহুনা মাগী জগানি হায়হুনা কনাগুম্বা অমত্তা চংবা ঙমনদ্রে। পোৎশংশিং অসিস্থ পোৎয়োনবীশিংনা নোং ঙানফাৎত্রিডৈদা লাক্লনি, ঐখোয়না পোৎ লোইশিনবা লোইদ্রিডৈদা চৈরয়নি। ছুকান অহুদি পুং নিপানদা থোং হাংবনিনা ঐখোয়দা খরা মুংঙাইত্রদো।

রুহিনি— নংনা থোকপা ঙাংনজৌ।

চাচা — মখোয়সিস্থ মীমুংশি থংমনদে। ঐখোয়স্থ মীনি, মখোয়স্থ মীনি, পংলৈ লৈমিন্নরগা লোইরে। মখোয়দা করিমৎতা কারবা নৎতে।

রুহিনি— মহুনা লৈতবা ঐখোয়গুম্বনা খনবা রাখল্লি। অরৈবগী রাখল্লা অমনি সংসার অসি অমমমনি, কাক য়াম্লা চৎনৈ ...।

চাচা — য়ৌরে কদাই, পোৎয়োমহু পিরকউ।

ছুকান্দার— অমুক লাক্লববা ? সিদা লৈবা য়াদে হায়রবমক্তদা।

চাচা — ঐখোয়গী লৈফম অমৎতা লৈজদে মুংদাং মুংদাংদদি লৈজগে, মতমসিদি নোংজুপম্থানিদো। ছুজিকস্থ অতিয়াসে নোংনা কুপশল্লক্লে। নোংলৈ-মুংশিংস্থ কনগদৌরি .. ।

ছুকান্দার— নহাল নোংমস্থ মুংদাংদনি হায়রগা অয়ুক পুং তরা তাবা ফাওবা ছুমহুনা লৈ।

চাচা — মতুদি হকচাং ওমমতুহনা তৌবনি, শাওগনুকো বাবু।

দুকান্দার— অমুকসু হকচাং ওমত্রবদি করম তৌনি, মাঙ্গোলসিদা শিরবদি, চৎলো চৎলো কদাইদনো চৎলো কৈথেলগী পোৎশংদা তুম্বা য়াত্রবরা। নখোয়নবো করিগী অফবা জাগানো, নখোয়দি হুই হৌদোংগুম্বনি থবক্তি গুনিং-দনা চৎলো, চৎলো …।

চাচা — থবক গুনিংদবা হায়বীনুদা, থবক গুজগে থবক পীবিয়ু, পোৎশংদো পোৎয়োম্বীনা মুংদাং থেংনা থেংনা হনখিদো, মতুদগী ফক্লাং থাদবনিনা তুম্বা হিপ্পসু মুংশিংনা নোংনা অতুম্মক হায়জিল্লকুনা ইচোৎ চোৎলি। নোং হেক ঙানবগা পোৎয়োনবীনা লাকুনা ঐখোয়বু চৈর চৈরহুনা তুম্বা থুগাইরে অতুদগী চাইথোকই হায়রহুনা মরোল অমা ঙাংবগী লোইবা নাইবা লৈতে। মখোয়গী জপাহুদা ঈশিং মরিক অমৎতা তাবা য়াদে, উফুলসু মরিক অমতং কাওবা চাইথোকপা য়াদে।

দুকান্দার— মহু তাবা য়াবা রা নত্তে, চৎলো চৎলো নখোয়নবো করিগী মফম অফবনো …।

রুহিনি — চৎলসি লাকও ·· ।

চাচা — কদাইদা চৎকদৌরিবনো? নোং চুরক্কদোরে।

রুহিনি — ঙসিদি পোফম মচিʼমদা ঙাইহাক লেল্লুরসি · ।

দুকান্দার— হায় বাহাদুর লাওহে, চৈ পুরকউ মখোয়সে ফুহনা তাল্লুরাও অনম কনবা শাৱদনা ।

মখোয়নি নিংবা কায়না চৎত্রে

## অনিশুবা শরুক

লুংদাং থাবল কৈ

রুহিনি-- ঐখোয়গীদমকতদি খোংনাংসিগী মখাসিনা খ্বাইদগী কবা ওইরবনি ঈশ্বরনা ঐখোয়গীদমক হৌহনবীরম্বগা চপ মান্নরে। চাং মান্ননা হৌবা মোল্লবা অশংবা নাপীশিনা তেরা মোনপাক্লমলে। নোং হায়কেৎ চুবা অয়াকপা মুংশা, অহিংগী লিক্লাদি থেংনররোই, য়েংউ বিজুলিগী মঙালস্তু কয়া ফজনা য়ৌরক্লবা · ।

চাচা — ( নোক্লা ) নোং কনশিল্লক্লবদি।

রুহিনি — মতুস্তু ঐখোয়দি ইনৌ নৌবা নত্তেদনা করিগীস্তু চোৎলুনি, ইনক নক্লা ·· য়েনথা অমা লৈরিবসিদি, নোং খয়া থুম্পা ফাওব দ য়ুম্ফুনা করিস্তু হায়রকতবা য়াইনা ···।

চাচা — পৈশাতু কয়া শুই য়েংশি।

রুহিনি— সে, নং থিয়ু ···।

চাচা — ( নোক্লা ) ঙসিদি খরা য়াম্বগুম তৌই।

রুহিনি— মীনুংশি চাওবা হায়গদ্রা ? বাবু হায়গদ্রা খরা থেংনরুরে।

চাচা — মখোয় মঙ্গল ওইসনু ·· ।

রুহিনি— তল মচা অমনিদং হৌসি হায়ববু নোং লাকপনা হাল্লগদ্রা ?

চাচা — হয়েং অয়ুক চারসিদ, থবী অনিখক য়াওখিবা নত্তরা মতু চারসি অতুগা হোটেলদগী চা খরা লৌরুরগে ঙসি মুংদাংগীদি অসুম লেল্লসি ··· ।

রুহিনি— খজুর অমৎতদি য়াওরকউ মচেং মচেৎ চামিন্নসি ··· ।

চাচা — নংসিদি চানিংমনদ্রেদা।

রুহিনি— চাগে হায়বগীদমক্তা নোংঙানবদগী ইকাই ইকি হুন্দোকতুনা নিবা চৎলিবা নত্তরা, কয়াদি শুরম্মী।

চাচা — লুপা অহুম মখাই শুগদবা পৈশা মঙাদমক রাৎলি, নং অমুক থিয়ু, অহুম মখাই শুহল্লুসে।

রুহিনি— চুম্মমনিদ, ঐনা থিবদগী পৈশা তরা রাৎপসু খ-দে নুং-তিগী অসুম্মবু ফংলবদি বাবুচৌহোয়গী হোটেলদগী চাক এঞ্জাং খরা মরক মরক্তা পিরকপতুগা ইকোম কোম্না হিংগদবনি।

চাচা — নোংমগী খরসু তুংশিনবা ঙমগনি।

রুহিনি— ঐখোয়না খজিক্তং তুংশিল্লুতুনা করি তৌরুনি। ইংখোল অমা লৈরুবা য়ুম অমা শারুবা ঙমগদবসু লৈত্রে। হিংলিঙৈদা পংচা-চা, পংথক-থক লৈবা হায়বতুনি।

চাচা - পৈশাদি য়াম্না কাম্নৈনা। পৈশা লৈমনদবদগী ঐখোয় ফিভমশি য়ৌরিবনি। কনানা খংনি, ঐখোয়গী পৈশাস্থ য়াম্না লৈরবা মতাংতুদা ইচাস্থ হল্লক্লবদি। ইচানুপা নোংমদি হল্লকখিগনি, ঐখোয়বু থিরখিনি ...।

রুহিনি-- কাম্নদবা রাহু তোকওদা ।

চাচা — নং থাজব্রা ?

রুহিনি— শাজনবা ভমদ্রে, হোয় হল্লকপদি ওইসমু অদুবু মাগী রাসি তোকঅসি কপনিংই।

চাচা — ভসিদি ঐ ইনুং মুংঙাইত্রি .. থোং মথাহু য়াম্না ফবা মফমনি। মথোং চাদবা অঙাওবা থাং পায়বা মুপাহু লৈত্রবদি মী তরা তরামঙাদি ইকোম কোম্না চনগদবনি। মথনতনা অদুক চাওবা মফমহু অরেম্বদা মাংহল্লে।

রুহিনি— থোংখাগী রাহু তোকও, মসিদগী হেন্না ফরোই। ঐখোয়-সু মফমসিগী মপু ওইরবনি।

চাচা — অহু ওইরগা, মসিদা উপাক মচেৎ খরা থাদোক থাজিন তৌরগা কোংঙৌ মচেৎ মকাইরা করিনো খর থিরগা খোং তিংথোকতুনা হিপ্পা চনবা মওংদা য়ুম মচা অমা শানবা তৌসি।

রুহিনি— ( তপ্না নোক্লগা ) মহুদি য়ুম হায়গনু।

চাচা — য়ুম কৌত্রবসু শাবদি শারশি অহুনা নং পংচা চাথোকপা য়াদে।

রুহিনি— ফক্লাং নাকল অমদি খোংনাংসিনা ওইবা য়াগনি, নাকল অমসু বোরানা খনথবা য়াগনি। অদুগা লম্বী চৎপদা য়োৎপীগা তারাগা তাবসু য়েংবা তাইদনা।

চাচা — অহুনি পংখুনদা খুনজিনগদবনি।

রুহিনি— ফরে, চৎলো চা লৌরুরো চফুসে সোমদা ময়ি খরা চৎলে, চেপথতুনা পুরকউ, খজুর অমত্তংসু য়াওরকউদনা, নংগী কব্রিগুম্বা অমা পিগে।

চাচা — মতু হান্না য়েংগে।

রুহিনি— হান্না চৎলুখো।

চাচা — হান্নমা য়েংখিগে।

রুহিনি— নহাল নোংমা ওইগী ফি খোংউপ নাম্মা নংগী খাওদা য়াওখিদনা।

চাচা — উম য়াওরী।

রুহিনি— মতুগী জুরা শানবা ওসি রবরগী য়েৎকী অমা তারমলে। করিমৎতা শেগাইদ্রি, নরাইবক ফৈ, হয়েংদগী শরকী শোৌদোকপা কোইলাসকা খুয়াগদি থেংনররোই।

চাচা — য়ান্না ফরি! অনিগুনা তারমগনি, কনাগুম্বনা ফিংনা চেনবদা তাহৌবা মাল্লি।

রুহিনি— মুন্না য়েংলক্লবনি কনা থাপ্পা হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা।

চাচা — (নোক্না) খজুর অনি নৈররক্লগে, তুংগী থোকঅবা লাক্লসনু ।

## অহুমশুবা শরুক

অয়ুক্কী মতম

চাচা — হায়. অসিবু লৈরক্কীবরা ?

রুহিনি— লৈবা নত্তে, ইবেম্মা অমনা পিরকপনি ।

চাচা — ( হরাওনা নোক্লগা ) অস্তুক তেকপা অস্তুক চাওবা উকাবীসিবু ।

রুহিনি - পিরকপনি, ইবেম্মত্থনা লোম্না শোল্লকই, মাগী লৈখিদ্রবা মমা মাল্লি ।

চাচা — ( হায়ফেৎ নোক্না ) নংনা হায়বা অমা থাজফাৎতে ।

রুহিনি— পিরকপনে, থাজৌও; সে, অনি অহুম থোক্লা অমুক্তা শেম্মীরকউ ।

চাচা — থাওদি করম্বা থাওদা য়াওখি ?

রুহিনি— বোড়া লং অঙাংবনা ফোংপত্থদা য়াওরিবনি থাও ভৌগে হায়রবদি খরা লৌবিরুদনা ঐস্তু কাওরকএ … ।

চাচা — কাওবত্থনা ফরেদা পৈশা তিংদনবা।

রুহিনি — ঙসিদংদি থাও খজিত্তং ঙৌবদি ফৈদা শিগদবা দেহে-নিকো পৈশা তরা পারগা চন্না অমা ওরুবা পিজরকনি।

চাচা — তোকঅসি অস্থম হাওনি ··।

রুহিনি— মতা চাদনা কুপথ্রপোৎনি, চফুসি চাক হান্না থোংশিরা, ঙা হান্না থোংশিরা ··· ?

চাচা — ঙা হান্না থোংউ (নোক্না) ঙা থোংবত্থ মিংসিনা পেন্না থোংবা লোইত্রিফাওবা অমুক্তা য়েংগে। হায় খন বু খল্লুদে, ঐখোয়না ঙা হায়বত্থ চারকতবসি চহি তরা তরা-মঙারোম ফারম্লগনি. হোটেলদগী পীরকহৈব। এঞ্জাংস্থ ঙাদি অমুক্তা য়াওরকতে ···।

রুহিনি - হোটেলদা ঙা চাবিনিংঙাইদি য়াম্না লৈ।

চাচা — হায়গুম্লদনা ঙাহিংগা হৈনগদবা মানদ্রে য়াইঙং মরু-মরাং খরা থাকসিরা ?

রুহিনি— অম্বাইদা অরাফদিগোম হৌবনি মনা মঙা তরুক হাপ্লগা ঙাহিং কোকনিদা। ঐনা থাও খজিরুং ঙৌসি হায়বদি য়াদনা।

চাচা — মরু-মরাংদি নিবদা পিরকনি ···।

রুহিনি— তোকঅসি, ইচাত্থ নিংশিংঙকইদা।

চাচা — তোকও, ঐনা শোল্লবদি নংনা হেক্তা শাওবদাই।

(অঙাংশিং লাকই।)

অহানবা অঙাং— মখোয় চাক থোংলিমাল্লে ···।

অনিশুবা অঙাং— য়েংঙু সিরা ··· ?

অহানবা অঙাং — য়েংগুমসি খাইদগী লক্লসি. চাচা অসি শাওগল্লি।

অঙাং অনিমক — রুহি চাচা ··· রুহি চাচা ··· রুহি চাচা ··· কুকু কুকু ঈশিং খুজোকসে থক্লোরাও; কুকু কুকু চেং থুয়াসে লৌরোলাও ···।

অমুয়া অঙাংশিংনা লক্লবদী খোঞ্জেলজ্ঞ।

রুহিনি — ঙসিদি শীংম্থ ফৈ, থোজংপদা ঙাইরি শোগদোরে।

চাচা — অঙাং ওস্তবশিংসে অমুক লাক্লে থোইদোসে শিকত্রেদা।

রুহিনি — চেংসে কৌ অমুক্তা থনবিরকউ, মোরোক থরা শাতক তৌহল্লুরা?

চাচা — নংনা থোকপা তৌ। হায় মরুমগা চংইনে।

রুহিনি — ইহে, থুমদি লৈত্রবনিনে, থর ভুক লৌরুগেরা? বাবুরাম-হোৎগী ছুকান্দু চংদবস্থ কুইরে।

চাচা — মথোয়সি লৈতুম য়াওরকইনা।

রুহিনি — অঙাংশা। লৈতুমদি থারকন্থ মরম ওকপনি।

অহানবা অঙাং — থানি, পাল্লো ·· ।.

রুহিনি — এ ··· এ ··· চফুদা পানবা তারেনে।

চাচা — নখোয় ঙসি ফুরা ··· ?

অনিগুবা অঙাং — ইউ কম হিয়ার, কুকু কুকু··· কদি পিগে লাও, ঙম্নগা ফু, চাচা ইউ ওপন চেলেঞ্জ ···।

রুহিনি — নখোয়বু পানগদোরেনে। থারকনুনে।

চফু কায়বগী মখোল

অঙাং ময়ায়া — চেল্লো চেল্লো

চাচা — হায়না হায়না চফুসে কায়রেসে, ঐবু থায়স্থ কংত্রি-কাওবা তায়নি ঐবু থর থাংহন্দবা য়াদে।

চাচা — ( মুংশাশ্বর থবেৎ থবেৎ হোম্না ) খংব্রা ? নখোয়না কদাইদা চেনগনি ( কম্না ফুই ) হয়েং মখৈ তৌখিদ্রা, হয়েংবখৈ তৌখিদ্রা ··· ।

( মরকসিদা অঙাংনা কপ্পা ··· অয়ো ··· অয়ো ·· )

হায়য়ু হয়েংমখৈ তৌখিদ্রা ? ঐখোয়বু মুংতিগী লরুবা নহালসু লিক্লি হুরানখিবা ··· ।

দুকান্দার— করিনো অঙাওবা অঙাং ফুরিবা থাদোকউ, অঙাংনা অঙাওববুদি লরুদদি ।

চাচা — মখোয়না ঐগী চফু থুগাইদুনা এঙ্খাং মাংহল্লিবসে য়েংঙুবাও ।

দুকান্দার— থাদোকউ নংনা অঙাং করিসু খংদবা অপ'বনু ফুবা য়াত্রা ঐনা নং অমুক ফুবা তারে ।

রুহিনি— ( পাখৎমা চেল্লকই ) করে, করে, থাদোকপ্রো ··· সে ·· থাদোকপ্রো ··· ।

চাচা — ঐগী এঙ্খাং শিংত্রবদি থাদোকলোই ।

দুকান্দার— অদুদি ·· খংব্রা ? ( চৈ অমনা ফুবগী মখোল )

চাচা — আ ··· ·· ।

রুহিনি— ( পাখৎনা, হায়ফেৎ কম্না ) শিবা তারে; শিবা তারে; ময়াম অমুক্তা থাম্বীয়ু ··· ··· অমুক্তা থাম্বীয়ু ·· ।

দুকান্দার— অদুনি ভাব তারব্রা, নংনা পংঙাও ঙাওবদি ঙাওবনি, মুপী-অঙাং শোকিপদি য়ারোই ।

রুহিনি— ( পাখৎনা, কপ্পা ) ইস ! তৌরিবসিদি লোইরেদনা ঐনা পুমঙাং-ঙাংলে অমুক্তা লেংগনু ··· ।

চাচা — ঐবু খামগন্নু, থাদোকউ ঐবু খামগন্নু; ঐবু ফাগন্নু, হুকান্দার পুক্চাওসে তান্নগে ··· ।

হুকান্দার— (থাপ্লপ্না) নথরাইত্রু মাঙনিংদ্রবদি তুমিন্না অচুম লৈহৌরো।

চাচা — ঙাইখো ··· ( লাওবা )।

রুহিনি – করে তোক্লো, অমুক্তা কমথবীয়্ ফিশিনা কিশনগে।

চাচা — নখোয় ঙাইখো ঐবু অসুম্না থম্মমগন্নু · · । ( লাওবা )

রুহিনি— করি রানো পল্হৈদে।

চাচা — অসুম্না হাংগদবগী শরুক মাবু হাৎলম্লগা শিথিবনা কত্রা ?

রুহিনি— হায়হৈদে; ঈশ্বরনা য়াদবা রানি।

চাচা — (শাওনা) ঈশ্বর, ঈশ্বর, (তিনশিৎপা) ঐ মাবু তুক্কচৈ।

রুহিনি— করিনো অঙাওবদৌনা।

চাচা — (শাওনা) নংনসু ঐবু অঙাওবা হায়রবা। ঐ ঙাওদে, ঐ ঙাওদে, নখোয়সু হল্লকখো ··· ঐ ঙাওদে ··· ঐ ঙাওদে ··· ঐগী ইত্তিক খংহনগে।

রুহিনি— তুমিন্না অমুক্তা লৈবিখো, লেংগন্নু ঈ হেন্না থোকপা তারে।

চাচা — (অমুক তপথনা, অরাবগী খোন্দ) রুহিনি নংসু অমুক্তা হায়ন্নু ··· ঙসিগীসিবু কনানা লানবগে।

রুহিনি— অচুম অরানগী রাফম থম্নরুদনা করি তৌরুনি, ঙসিদ নত্তে, ঐখোয়দি কনামৎতদা ঙসিফাওবা করিমৎতা লানদ্রি। ঐ খংলিবনি অত্রুঙৈ ইচাবু মী হাৎলি হায়বত্রুসু ইচাদি হাৎপা শুকয়াও য়াওদে। কত্তবা মী থয়গী খুজিন থৌরাংনি ···। (কপ্লকই) নখোয় পেল্লোকো, নখোয় পেল্লোকো ··· ইমাগী ইবুংঙো নংনা কদাঃদা লৈরিবা । নংগী পাজিসে উদ্রবরা ··· ? ( কপ্লী )

## মরিশুবা শরুক

ঙুংদাং, উ মখোং

চাচা — কোক চিকপসিবু ইফং কত্তেদা। নহাল্লমুক্কী অহুম হায়না অমুক তৌগদৌরিব্রা করিনো?

রুহিনি— ঙুংশাদা চংপা থর হেনমল্লে, ঈশিংস্থু থকমল্লে।

চাচা — মহু ঙাক্কনা ওইরমমোই …।

রুহিনি— ঙসি ঙু্দাং করিমৎতা চারমু অহুগা শিংঙ্খিনা তুম্নগা হয়েং ফজরমগনিদা। ঙসিদি ওন্থোকপা ঙুমিং হায়বহুনি। লুপা অমা ফাওবা য়ৌদ্রে, পৈশা কুন রাংলি।

চাচা — নোংম নোংমগী দাও হায়বহুনি …।

রুহিনি- ঐখোয়গী পৈশা পুম্না কয়াদি ঙরে।

চাচা — ঙরাং ঐনা থিবহু লুপা মঙাগা শিকিদমক লৈরম্মী।

রুহিনি— ঐদি লুপা কুনগা হেল্লমগদবা মাল্লুরে।

চাচা — কদাইদগীনো চাওনা পাথ্রেদা, নংনা অহুক য়াম্না চাথোক-
খিবহৃদি খজুরনি, বেড়ানি, ঙসিদি মুংহন্বাই চানিংই ঙসিদি
চু চানিংই, হেক চাদবদা অনাবা অমা হেক হৌহনবা
ওবা …।

রুহিনি— নহাল নোংমা লুপা তরামঙা শুগ্রে হায়বহৃদি।

চাচা — মহৃদগী থুগাইরিবসিদি উপু অনি অমা লৈবে, ঈশিং
খিন্নবা চফু অমস্থু লৈথোকপ্রে। অহুগী তু'দা নোং চুহুনা
চৎথোকতবা মুমিং নিনি অমদি পৈশা তরা ফাও ফংখিদ্রে
চাবদি লেপখিদেদনা।

রুহিনি - হয়েংমখৈদি অফং অফ বা চাথোকঅসি।

চাচা - নংগীসিবু ঐগী হিসাব য়ানিংদবগী রারা?

রুহিনি অহুগী নত্তেদা ।

চাচা — অহুগী নত্তে খরদি চিংনৈ নত্রা? লুপা মঙাগা শিকি
অমদি লৈরিদনা নংগী ঙসিগীহুগা পুনশল্লবদি লুপা
তরুকতি শুরেদনা। ঙসিগীদি পোৎ অমৎতা লৈদ্রবস্থু
য়ারনি।

রুহিনি— ফরে, ফরে ·· ।

চাচা — ফবা য়াদ্রিনে, নং চিংনরী উপুহু কয়া পিরকই খঙব্রা?

রুহিনি-- অহুবুদি লুপা অনি পিবহৃ অহুম হায়জিল্লবস্থু য়াই।

চাচা — মসি মবুক ওম্বোক্লা ফংখিদ্রেদ্রা …।

রুহিনি-- তোকওদা হিসাব পাথংনরগা লুপা অনি অহুম চেন্নরগা
ইক আ … মুংঙাইররোই।

চাচা — সে মুন্না তাও ঐ প্যারকে পৈশা অমফাওবা চেন্নহল্লোই।

ক্লহিনি— শোইদনা! চেয়ারবদি, ইমাই পেম্মা তোকও …। তারাসে
ইক করি শিজিন্নবা মাগ্রি কদাইদগীনো · · ?

চাচা — আ অরাংকোমদা অনৌবা ওফিস অমা শারিদনা মতুংগী শম্বল খাবা মুপা অমদগী নিহৌবনি মবুক কগ্রে চুরুপ মচৈ অমসু পিথকলকই। অতুংগা মসিগী উতুপসি শিঙ ওইনবা য়াগ্রেকো, উখোং অমা ওৎনরসি অসিগুম্বা অমৎতগা থিসি, অনি শুনবা। হয়েংদি উপুসি শিদোকপা হৌবা তারে। বোড়াগা শম্ফিচেগতু পুল্লপ থম্মু ইচাই চাইথোক্লমু উপাকসি হুহনখিবা য়াগ্রবনি ।

ক্লহিনি— অতে লাইরদনা মফমসি ওম্থোক্লা কগ্রে। ঐখোয়গী পোৎচৈ খরসে অসুম থম্মগা চৎপা য়ারে। মুমিংচুম্মা অমা হিপতুনা ফমদুনা লৈরবসু কনামৎতগী মিচৈ তাদে কয়াদ মুংঙাইরবনো। অতৈ পোৎশং ছুকান মচিদদি অসুম্না খুসি তৌবা য়ারোই। তঙাইফর্দ্রবদি উপাকসিগা শম্ফিচেগা কুপ্লগা বোড়াসিনা থাজিনবা য়ারোইদ্রা, মমাং·· থ.বসিদি থাগ্রবসু য়ারোইদ্রা … ?

চাচা — ঐ লোইনা খঙদি, ইবেম্মা নং অহে-অপা শারকনু। হয়েংদি য়ুমলক্তা চংলগা কিমন খরা নিরুসি। কি খরা দরকার লৈরক্কদৌরি। তুম্নবা তৌরসি কোকসি লুমখেদা, অরুমসু খরা য়াওরমাল্লে …।

ক্লহিনি— ঐসু ঙসিদি পুক্লিংসে ইমুং মুংঙাইতে থম্মোয়সে মুংশুক মুংজানৈ ।

চাচা — ঐনা ইংথম চনবা কোক লুম্বা।

রুহিনি— শান্তিবালাদো সেনেমা হোল মমাংদা মিংচানরুরে কুইনা য়েংনৈ, ঐ খংডি মানা ঐবু মুন্না খঙডি।

চাচা — ঐস্নুনিদ, মরক মরক্তা থাইনগী মরুপশিং হেক হেক থেংনৈ, হেক লেংথৈনবদা শোম্বাংননা "মুংশিদা" হায়না শোম্ন-বৌবা ঐ তারিবনি ...।

রুহিনি— শান্তিবালাদি স্বাইদা মুংঙাই য়াইকবা ইমুং অমদা ওংল-মান্নে কারদতা লাকই ... সেনেমা হোল, হোটেল অচৌ-বতদা উই। মুংশিত্রা মতম অমদা ঐনা মাগী মপু ওংরম্মী। মহাক্তি য়াম্না নৌনা লৈশাবীগুম উরি, ঐনা মঙোন্দগী চহি তরুক তরেৎতনি হনবা ·।

চাচা — অদুবুদি ঐস্নু চহি য়াংখৈতনি অদুবু হন্নুবা মান্দুনা স্বাইদা লোংগাশিংনা বাবা খর হায় হন্নুবা খর হায় তৌরিবসিনি। ফরে তুম্মসি অমুক নৌথোকপস্নু য়ারোইদবদা ... তুম্মসি।

রুহিনি— অতৈ ইমান্নবাশিংহুনা করম করম তৌনঞবা। মতম অমগী ঐখোয় ময়ামদো মুংশিদা ... লিক্লিগী গুলি ময়াম শরক্তা চায়খায়বগুম্বনি, খরনা লম্বীগী চিদায়দা তাহুনা লৈহৌই, খবনা কায়খি, খরনা খুন্দুনা পুনখি মাইকৈ খুদংদা ইচাউ চাইনখি ...।

চাচা — কোক অ'সবু খুচিক অমা ওইনা চিক্লকইদা মনুংদা করিবু · লৈরবনো ?

রুহিনি— হয়েংদি নোংমাগা ফুৎকে ...।

চাচা — মহুনা ফবা ঙমগত্রনে ... ?

রুহিনি— করিদি তৌনি ? স্বাইদা মাইবস্নু লৈরম্মোই।

চাচা — লৈরবস্ল ঐখোয়না কৌবদি লাকলোই ·· ।

রুহিনি — মখোয়গী ডাক্তরবসু অহুমঙাই ।

চাচা — হু, ডাক্তরদি ঐ য়ানিংদে, ডাক্তরনা য়েংগদবা অনাবা নত্তে।

রুহিনি — মহুনা চৎনবা য়াবা নত্তে, ইতৎ তৎতনা হৌই ডাক্তর-খানাদা হেক চৎলুসি পৈশা তিংদবা ওইরমগনি। হয়েং রিকসা ড্রাইভর মবুক ফগদবা অমা য়েংলগা পৈশা খজিক-তনা থিলহনবা হায়রদুনি।

চাচা — অপংবী! পৈশা ঙাক্তগী নত্তে, ঐখোয়বু রিকসোদা হাপতুনা থোনিংঙোই। সংসারসিদা ঐখোয়গী খনবীবা মীওই অমৎতা লৈত্রবনি।

রুহিনি — লৈহুনবু ঐখোয় ঙসি ফাওবা হিংশিবনি।

চাচা — নিবদা খরা ফংই অসিরা? মখোয়না ঐখোয়দা পৈশা পিরম্বদি কি তুক্তৎচ ওইনা পিরম্বনি। মখোয়দা, মখোয়-গী মচা মগুদা চুরুংদনবা মবুক্তিদা বড় অমমম নিরিবনি।

রুহিনি — মহুডাক্তা নত্তে, ঐখোয়বু তশেংনা মুংশিবসু য়াওরীবনি।

## মঙাশুবা শরুক

থাবল ফবা অহিংনি, উ মখোং

রুহিনি — ডাক্তরখানা! ওন্থোকপা ডাক্তরখানানি, মীয়ামগী লেম্না লাইয়েংকম. ঐখোয়না চংলুবদি হুই অঙাওবগুম তৌরকপা! কা অমদা অমুক হায়, কা অমা অমুক হায়।

চাচা — ঐদি হান্নবা হায়দ্রা চৎকুম্মসি. অতোন অতাংগী মিচং লৈতবনি। ইংথমগ্রেদা নংগী বোড়াছু লৈজত্রবা অমৎ-তগা হাপলকউ।

রুহিনি খরা থাংউ, ঈশ্বরনা করি তম্নকপা য়েংলসি।

চাচা — নংগী ঈশ্বরছু তোকও ···। ডাক্তর থেংনরক্লুবসু, ডাক্তর-দা চৎলুবনরা করিনো চিকপা খোৎপদি থর ফবগুম তৌই।

রুহিনি — নোংমাংখাদি য়াম্না ফবনিনে ··· মরিরক্তং থক্লবদি মরাইনা অরুমসু হনজখিনি। অঙাংদৌনা অমুক থক্লগা তোকলে···।

চাচা — হয়েং থরা য়াম্না ফুৎলু । উপুহ্ অনিমক লৈরিকো ?

রুহিনি— লৈরী… ।

চাচা — উথোং ওইনবা উতুপতুদি ?

রুহিনি— লৈরিয়ে … ।

চাচা — হকচাংসে খজিক্তং কনবগা শিদোকপা হৌরগদবনি নংসু সুম লৈগদবগী শরুক য়োংপী অখোয়বগাহু লুংমচা অমা খুল্লগা চুমথোকপা হৌ ।

রুহিনি— হয়েংদগী হৌরগে । ঙসিদি নোং চুগদবা মানদ্রে, থাবলসে ওন্থোক্লা ফৈ … ।

চাচা — থাবলদি খংদ্রে নোংচুরোই হায়বহুদি ফৈ । নংগী বোড়াহু অমৎতগা হাপ্লকউ … ।

রুহিনি— ঙসাই নোং হেক ঙানবদগী খুৎশেমগী অঙকপা কয়ানা পুমচাই চাইরম্বা, ইনিল নিল্লম্বহু লোৎপ্রে, মহৌশাগী ফজবমা অমুক মমাই কারক্লে । ঙসিসে কম্রি মুমিৎনো বিজলিসু লাক্রে, থাবলসে কয়াদা নিং তমজরবনো ।

চাচা — সরকারনা মৈ ওইজনবা থাবল ফৈ হায়দুনা মুথৎপা ওইরমগনি ।

রুহিনি— ফাগী নত্তে, সে ফিরুক্ত হায়দোকউ, য়েংউ অমুক্তা থাবলসে, পুর্নিমাসু ওইরমাল্লে ।

চাচা — ইংথম্মী হায়দোক্কনুসে … ।

রুহিনি — ঐতগী বা নত্তে নংবু করিমত্তা মুঙোশদবরা … ?

চাচা — য়েংনিংদবসিবু, ঐতগী বা নত্তে, মী চৎপগী নাশোন ফংদ্রে, থোং লোইনা লোনশম্লরম্মনি ।

কহিনি— অতুবু, ঐদি অহিং অসে লেম্না মাংহল্লরোই, থাজবু য়েংনা য়েংনা হৌখিবা ঐ-নগী পুন্সিবু নিংশিংতুনা শান্নগনি। নং খংদব্রা মতমশিংতুগী নং-ঐ ঙসিগী নং-ঐ কয়াদ খেন্নথ্রবনো? আশা কয়ানা হৌখিবা থৌরাংশিং মুংঙাই-মঙ অতুগা ঙসিগী নংঐ ······ নংনা অনাবা অমগী মপু ওইতুনা উখাসিদা অরোইবা মতম ঙাইহুনা হিপ্লিবা, ঐনা ভিক্ষারী অমা ওইরিবা ··· ঐ মুপীনি নংগী নকুমদা থুপ্লিব্রা? নত্রগা ঐ নংবু শঙলিব্রা? অসিগুম্বা রাহংশিংশিগী পাউথুমদি কংগদবা নত্তে, অতুবু নিংবসু কায়দে, নিংবসু থু দে। মসি পুন্সিনি, করি তৌরুনি ···। ঐগী হায়ববু মহৌশাগী কজবসি অসুম য়েংজবা; য়েংউ! অঙকপা থাজগী গুন্নি। মালেমসিদা তাইবং মীওইবা ওইনা হেক খোংদারকঙৈ, ইমিৎ অসিনা সংসার অ।স উজরকঙৈ, থাজ অসিবুদি হেক উজখিবা মুমিৎতগী ঙসিফাওবদা ঙকপগী লোইদ্রি, য়ে রগী পেন্দ্রি। তারিবরা! ঐদি ঙসিদি য়াম্না মু'ঙোনখ্রে। মাইগী ফিহু অমুক্তা হায়দোকউ। নিংশিংদ্রব্রা মতম অমা ··· ··· ঙসিগী অসিগুম্বা ইঙা ইঙেনগী নিংবা কায়বা; কাংখোং চাইবা মুমিৎশিংসে নত্তে, বসন্তগী মতমনি, অনৌবা য়েন্নিংনা মালেম পুম্বা মালহৌনবা মতম, পোম্বী চেক্লা, লৈ-শু উরী রারী পুম্বা নৌহৌননা হৈনিংঙকপা মতম, কুমগী অহানবা নোংহৌগী মপাওবু লীরীবা মালংবনা পাওজেল্লকপদা উপালশিংনা কেনা

কেনা হায়জবা, সুমাং মতোন্দা ঙৌরোক ঙৌনা জুম জুম শাৎলিবা থাবাল্লগী ঢুংশিবা মনম চাইথোরকতুনা ঐগী থম্মোইদা য়ৈবদা মুংশি মুংঙোলগী মরাং হৌখি, মতমত্তুদা নংনা ইহান হান্না মুংশিবগী রা হৌদোরকখি, রাহৈশিংদো নীংশিংলিব্রা? সংসার অসি কয়াদা মুংশিখ্রবনো! কয়াদ কজখ্রবনো …।

চাচা — ইমাইপেম্মা তুম্মোদা। রারেমত্তুদা খিৎ, করি কান্নরুনি।

রুহিনি— ঐদি ঙসিদি থম্মোই অসিদা মুংশিবা শৈশৈ অমা তাবগুম অরাবা লিলা অমা য়েংবগী মুংঙাইবগুম্বা অমা কাওরক্লে। য়েংউ, আদা অমুবা লৈচিন খঙ্কিকুং লৈরিবসিগী মথক থংবদা সনা মচুনা ফিবান চৎলিবা মসিগী মথক্তা থাজনা ইংনা ঙানথোইরিবা মসিবু কনাগুম্ব লায়য়েকপা অমনা য়েকলবদি লাই অসি মান্দে কলপনান হেনমল্লি হায়গনি। অমুক্তা য়েংউ …।

চাচা — কদাইনোনে …? ওস্থোক্না কজখ্রবোইদা, কদাই …?

রুহিনি মুংশি মুংঙোলগী লম্বীদা ইনৌ নৌনা খোংদারকপা মতাং নংনসু ঐবু চিংনবা, ঐনসু নংবু করিসু নত্তবা অমদা ঐখোয়নি খৎনত্তুনা কৌনরুদবত্তু নিংশিংঙি অত্তুবু নংদি ইকাইবা খংদে (নোকমিন্নবা)।

চাচা — হোয়নে।

রুহিনি— নংনা ঐবু খৎনবা হৌরবা মুমিৎতু কাওদ্রি, পোইমুগী লৌকারকপা মুমিৎ অমদনি।

চাচা — হুজিক্কি লৌবুকশিংতু খুৎশেমনা লোইনা মাংহনব্রে …।

রুহিনি— পোইন্নু, রাকচিং, কাইরেন, লমতাগী থাথাই ঐখোয়নি কৌনখিদে, লমতা থাগী পুর্নিমা হোলি নুমিৎ; নুমিৎতো ঐদি য়াম্না নুংনাংখি, কমুংদা কপ্তুনা লৈখি অদুবু নোংঙানবদা নংগা সুন্দরগা লাকুনা ঐবু কমুংদগী চিংথোকতুনা আবের তৈখিবদো। কুইনা কৌনরুদ্রগা ইহান হান্না কৌনবগী নুংঙাইবা নুমিৎচুপ্পদুমা ঐখোয়নি রাকৎনবগী লোইবা নাইখিদে।

চাচা — সুন্দরদো নুংশিদা, ওল্লকপা চহিদা মহাক্কি লৈখিদ্রে …।

রুহিনি — নহাক্না কাওবা য়াদবা ফজবা নুমিৎ অমা হায়রকউ …।

চাচা — নুমিৎ অমৎতা নত্তে, ফজবা নুংশিবা নুমিৎ য়াম্না লৈ, অদুবু খ্বাইদগী ফজবা নুমিৎতি …। সে হকচাংসে হুমাংনা চোৎলে লাইহৌ থারমাল্লে; হুমাং অমুক্তা তৈথোকউ।

রুহিনি— তৈথোক্কে … মসিদগী অমুক হৌরকতবা ওইরসন্নু … করম্বা নুমিৎনো খ্বাইদগী ফজবা নুমিৎতি …?

চাচা — খুলগী লাই হরাওফম লাইকোন অদু নিংশিংলিব্রা …?

রুহিনি— নিংশিংলি …।

চাচা — যজদ্রা, উয়ুং, তেরা, চাওহৈ পাম্বীনা লাইবুংদমক খাল্লগা কুংনা হৌবদো। থরনা কাচি কারোংদা থরনা নপুংনা খোঙ্গুনমেল্লে, কাকলৈ, শমজ্জিরৈ, উরৈ কয়ানা হায়থ হায়থ শাৎপা, বাঁশীগী মিরবা খোঙ্গেল্লক্তা অমাইবগী পৌতকপা "হোই" লাওবা খোঙ্গেল্লক্তা নংনা থেক থেক নৌগ নৌ মকারাম্না থোইবী জগোই

শাখিবদো ··· মপুং মরৈ হেক কাগৎলকপা খুনজা নগা পাখংশিংনা মিতাকম ওইরকপা কালনি, ফিজোলচুসু নিংশিংলি রেশম ফুরিৎ অঙাংবা, থম্বাল মচুগী যনেক, খোইতকপা অমুবা শন্নাংশিংনা নিংতু য়ৈরকপা, লৈহাও লৈরেম্মা মরক মরক্তা থাম্বা, কজবদো ঙসিসু মিৎমাংদা উরি — ।

রুহিনি — মতুদগী খরা চৎখৎলগা অঙাং ওইরিঙৈগী শান্নবনা মপুং ওইবা অরা-অনা খংদবা পুন্সি ··· ।

চাচা — অঙাং ওইরিঙৈগী হায়রগা ঐ নোক্লিংবা অমং নিংশিংলক্লে। ( নোক্লগা তপ্না ) নং কাওরবরা অঙাওবী, অমা লৈরম্বদো চন্দ্রিকা হায়ববা ?

রুহিনি — উম, মশেন মরাং নিংশিংলক্লে, থুম্মোক যাম্না চাওবা অমা পুতুনা চৎপদো ।

চাচা — থুম্মোক্তো করিমৎতা যাওদে, নুপীনিদনা মকোইসু য়েকই ( নোকমিন্নবা )।

রুহিনি — নোংমদি মানা ঐখোয়দা মুংদা অমা লাকখি, কিবনা থক থক নিকখি বাবানা চৈ অমনা ফুথুনা তানখি ।

চাচা — মতম অমদা ঐখোযনা মাবু লকতুনা মতু ইন্নরুই ঙসিদি ঐখোযদা অঙাংশিংনা লক্করে, মহাক্না করম্বা ঐখোয়না করম্বা !

রুহিনি কনানা খঙনি, ঐখোয়দা লক্করিবা মখোযগী মরক্তা ঐখোয়গুম্বা য়াওরকপসু মসিদি থল্লওমসি, মুংশিদ্রা

অঙাং ওইরিবৈগী পুন্সিদো মশাম্না কয়াদো •• অমাং কোইবী, ফিভুল হাবী ·· ••• ••• ।

চাচা — কে ক্রে কে কে মো মো
য়াংগেন শম্বা শাউ শাউ
তোকপগা কাম্বগা
কৈগা য়েনগা কাওনবা
কনানা ঙম্বগে য়েংনসি ··· ।

রুহিনি— নংনা ঐবু হৌবা হেক হেক লাকখিদনা নিংশিংলিব্রা · ?
(নিংশিংবগী মওং, নিংশিংবা অঙাংগী খোনজেলদা অঙাং ওইরবৈগী চহি ৮/৯

চাচা — (লাওনা কৌহুনা লাকপা) রুহিনি রুহিনি ··· ঐখোয়গী উরৈরোম পাম্বীহ্ তুহুনা লৈহৌরে।

রুহিনি - কনানা ইনথুরিবা ?

চাচা — ঙরাং নুমিদাং নুংশিৎ য়াম্না কল্লিদনা।

রুহিনি — ঐদি তাদে ।

চাচা — ঐসু তাদে ইমানা হায়রে নুংশিৎনা ওইরমগনি, লাও নোম নোম শগাইতোব্বী শান্নরুসি।

রুহিনি— ঐ মায় তাদ্রি

চাচা — তারুবনু, নংদি নুংতিগী মায় তাই, ঐদি ইরুজবদা হোরেন তানি।

রুহিনি— ঙরাং নুংদাং ঐখোয়গীদি ঙা থোংই। ঐগী চরা রান্নবা খাকই।

চাচা — ঐখোযগীদি হরাইমুবী থো ই, ঙরাং ঐখোয় ইমাদি

য়াম্না কপ্পী।

রুহিনি— করিগী ··· ?

চাচা — হৱাদমু বদো ঐখোয়গী পাজিনা থারম্বনি হায়য়ে।
পাজি হল্লকনি হায়য়ে হয়েংরাই কুইবগা।

রুহিনি— হল্লকওই হায়কো, ঐখোয় ইমাতোম্বীনা শীগ্রবা মীদি
হল্লকপা য়াদে হায়কো, নখোয়গী পাজিদি শিগ্রবনি।

চাচা — হল্লকনিকো।

রুহিনি - হল্লকওই হায়কো।

চাচা — অদু ওইরবদি হয়েংরাই হল্লক্লগা অচাপোৎ পুরকপদা
নং পিজরোই।

রুহিনি— করি অচাপোৎ ?

চাচা — আ ··· জীলবী ঙাংশং ঙাংবা য়াম্না হাওবদো।

রুহিনি— খরা চাগেনা, হোরেন ঐখোয়দা ঙা থোংবা চাও হায়বা।

চাচা — নখোয় ইমাতোম্বীনা চৈরকনি ··· দা।

রুহিনি— চৈরকওইয়ে।

চাচা — উম, শাম্নবা লোইরগা চাসিকো।

রুহিনি— ঐগীদি শোমদা ··· ।

চাচা — ঐগীদি শোমদা ।

পুম্না — নোম·নোম ··· শগাইতোং চান্নবা লৈতে
তখেনথাং ··· ।

রুহিনি— ( অয়ো ··· কপ্পা কপ্পা ) নং ইমাদা তাক্কনি।

চাচা — নং নতোমতা তাজবা নত্রা, ঐদি সিদা তোংলগা।

রুহিনি — (কপ্পা) অদো নংনা কম্না নোম্বদা তাৱিনিনে।

চাচা — মা মতোমতা ভাজরগা ঐঙোন্দগা তাইশিল্লি য়াম্না ফত্তে ··· ।

রুহিনি — হোরেল ঙাথোংবা পিজরোই।

চাচা — চাবীরোই নংস্থ জীলিবী পিজরোই ··· ।

× × × ×

মখোয় পুন্না-- সে, সে, সেবোতী; লাইশ্রম মচা ভুবোতি ··· নংগা ঐগা কাওনসি; কনানা ঙম্বগে য়েংনসি ··· হৈত্রোই পোকপা মখোংদা, হৈত্রোই তংখাই তাহৌবা খুনবা হানবা তান্নসি, সি ·· সা ·· সি ··· উচি-চি-চি ·· খাংমৈতং --- খরুং মপান খোঁঙশাবা শেন্দ্রাং লাকই ফদ্রং ··· ।

× × × ×

চাচা — (লাওনা রুহিনি, কে কু কোংঙো ··· রুহিনি··· কে কু ফোং ফোং ·· রুহিনি

রুহিনি — য়া (নোকপা) পানজল অনি শুরেকো ··· ।

নিংশিংবা লোয়বা

চাচা — মতমশিংদো অম্বুক হল্লক্লরোই, অঙকপা পুন্সি খোংজেলনি, মিৎকুপ অমৎতা লেপ্পা ঙমদে, তকশিদা শোন্দুনা তোকই, ঙসিস্থ হৌথিবশিংছ নিংশিং নিংশিংনা মাংলোমদা চংশিল্লি ··· ।

অহিং অহু ভুমদনা লেনথি।

## তরুকশুবা শরুক

নোং নুংশিং কয়া তৌই, মখোয়নি
চোংলি চোংলি চুকানগী য়েনখাদা
চাচা চিপই, রুহিনি কমই।

চাচা — অয়ো ইমা, আ অয়োইমা ...।

রুহিনি — অনাবা খাংবসু ওন্থোক্লা হৈখিদ্রে ...।

চাচা — নং হেক খাংগদনা, অয়োইমা ..... নোং-ওানগদবা
কয়াম রাংলি ... আ — আ ·।

চাচানা নাহে নাহেনা

চাচা — ইংখমগ্রেদা, অহিং অসিদ নুংশিং অসিনা ঐগী থরাই
চুমদোকদৌবগুম তৌরে। ঐগী অন্তকাল চায়বহু
লাক্লবরা কবিনো ...।

রুহিনি — চায়হৈদে ...... উশ্বরগী মিংথৈ শোল্লু।

চাচা — নং চোংলমাক্লে, খুয়াতুদা কমদ্রবসু নাকনসিদা কম-
লয়াও ..।

কুহিনি— চোৎতেদা …।
চাচা — অহিং অসি লোইগদবা কয়াম য়াৎলি ?
কুহিনি— অহানবা য়েনখোং অমদি তাখিবগুম্ব ভৌই …।
চাচা — ঐ মোংঙানবা ঙাইবা ঙমগদবা মাদ্রে …।
কুহিনি— হায়হৈদে ! ঈশ্বরবু নিংশিংউ।
চাচা — লাইবক থিবী …।
কুহিনি— হয়েংদি দেশা উপায় তৌহুনা ঐখোয়গী খুদং য়োনবা তৌরসি। মকমছুদি ঐখোয়বু মুংশিবা মাইকৈ নৈরমগনি …।
চাচা — … হয়েং ঐ থাজবা ঙমদ্রে। হনবু হল্লিংদে ঐখোয়গী ইজৎ-সনমান মকম অহুদদি ঙাকবা য়াদে।
কুহিনি— মকম অসিদা পুন্সি অস্নুম লোইবা …।
চাচা — করি ভৌই হায়বগে … ? পুন্সি অসে … করিস নৎলমদ্রে শিরগা লোয়রেকো … ।
কুহিনি— করিনো ঙাংখিরিবহু ভাব তাখিয় নোং অসিহু হাংলক্লে …।
চাচা — নোং হাংলক্লবরা ?
কুহিনি— হাংলবগুম্বনি।
চাচা — অনাবদি হেজক্লকলে, খর অসিদি শঙ্গবা য়ারক্লে, আ … ঔা … য়েৎলোমদা অয়ুক্তা চেপকৈ (য়াওনবগী মওং) কুহিনি নাংদি হিংদবা য়াদে নচানুপাহু নোংমা হক্লকখিনি নচানা নংবু থিরখিনি।
কুহিনি— সে ভুমিম্না পোৎথাবীয়, নোং ঙানব্রিভৈদা খরা তুম্বা য়াত্রা য়েংবীয় …।

চাচা — নোং ভানবদি ভাইবা ভম্নোই, ইপ্রি মন্নুংদা করি
করিনো — প্রোক প্রোক শৌরক্লে, চাকথেকলকপগুম
ভৌরক্লে। অহিং অসিদা লোইনমক কাথেক্লগনি …।

কহিনি— হুমাই হুমলকউরা ? ঈশ্বরগী নাম শেং — ।

চাচা — ইচানুপাচু মওদা তোইনা উইদা … ।
মীওইবগী পুন্সি করিসু নত্তেকো, অসুমক লোইরেকো …
এখোয়নিসু।

কহিনি— সে করি তৌরগে, কৈসু তৌরোইদা য়েংগে।
এখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা ইবেনবোক অমনা রারী
লিবীখিদনা মতাং অমদা নোংমা হায়খিবদো …
তুরেন্না লাওনা, ভাউনা চীংসুং মানন্নুংদা চোং কন্দুনা
হৌরকই। অচৌবা ইপাক্তা তিল্লমদাইদা তুরেন্না কপ্পী …।
এগী পুন্সি লোইগদৌরে, হৌখিবশিং নিংশিংহুনা
তেংথাই অহুবু কপনিংঙাই মরম লৈতে। ঈচেলহুনা
অচৌবা ঈপাক্তা তিল্লগা মুংশাগী মৈশানা য়ৈবদা
মনিল ওইনা পাইখৎলক্কুনা লৈচিন ওনখি, লৈচিন্না
অমুক চীং-মান্দা পাইরকতুনা নোং ওইনা তারকতুনা
তুরেলবু শিবা নাইহনদে। হোংবা নাইরিবদি মিকুপ
খুদিংগী চেনখরীবা ঈচেলনি, মিকুপ অমদ হিদেন
অমদা লৈরিবা ঈশিংদো থংনবা মীকুপ্তদি অতোপ্পা
হিদেম অমদা চেন্থপ্রে। অহুম ওইনমক তুরেলগী মীং
অহুমদি অহোংবা নাইদে । মীওইবগী পুন্সিসু
তুরেলগুম্বনি। শিবা হায়বশিদি ঈশ্বরদা চংজবনি।

তুরেম্না অচৌবা ঈপাক্তা তিনবগুম্বনি, লৈচিন ওইনা হল্লকপা হায়বসি ঐখোয়গী মপোক অমনি অহুনা শিবা হায়বশিদি হকচাংদনি, আত্মা, ঐ হায়বহুদি শিবা নাইদে কল্বিগী তেংথানিঙাই লৈরিবগে ·· তাল্লীবরা ··· তারীবরা ।

ইস ! স্বর অসি লেপগ্রবোইনা করিনো তৌরিবসিদি !

( চাচা শিরবা ) ( কপ্পা ) ঐবু কনাদা শিন্নরম্বগে ··· ।

নোংঙানবগী মওং

রুহিনি— ঐখোয় অনি শুরম্মী, ইতোমতা ঙাইরে, পুন্সি অমা লোইখ্রে, পুন্সি অমা লোইখ্রে ··· ।

মুপা অমা— ইমা তারিবরা ? ইমা নংবুনে, ইমা রুহি, ইমা ···

রুহিনি — করিনো ?

মুপা অমা— চাচাগী অশিবা হকচাংশে সিদা স্তুম থম্বা য়ারোই ঐখোয় পুঙ্গগেকো ।

রুহিনি — নংদি কনানো ?

মুপা অমা- ঐদি ইমাহোইগুম্বগী মতেং পাংবা মীনি য়েংউ, ঐনা কুলিগকা পুরক্লবনি ··· ।

রুহিনি — নংদি করি তৌগদৌরিবা ··· ?

মুপা অমা— মী অমা শিরবদি মতুগী হৌনবী তৌরুরগে সে লুপা মঙাসে ইমাগী করি করিনো লৈরুরো চাচাদি ঐখোয় পুজগ্রগে ··· ।

রুহিনি — ( নোকপা ) ঐগী ইপুরোইবগী মমল লুপা মঙা ··· ( নোকপা ) "অঙাওবা" ঐনা মমল লৌগদবা নত্তে নখোয়না হৌনবী তৌবিগে হায়রবদি; মমলদি ঐনা

পীগদবনি, নখোয়তনা মাব পবস্থ য়ারোই চৎমিন্নসি কদাইদনো চৎলো ·· ।

ঙুপা অমা— হায়মা অস্থম ইন্নরক্লীমাল্লে লৈহৌরো ইমা · ।

রুহিনি — মসিদি ডাক্তর থাবা নত্রা ?

ঙুপা অমা— মানিনে লৈহৌরো ( খোন কন্না ) ।

রুহিনি — করিগীনো বা ভতুদা পুশিল্লিবদি ·· । তোর্বান অমদা পুক্ষম থোক্তা ? ইস ! অস্থক য়াম্বা অশিবা হকচাংশিং অসিদি কদাইদগীনো সংস্কার তৌদ্রবা ··· ?

ঙুপা অমা— তৌররোই এখোয়দি সংস্কার তৌনদে ।

রুহিনি — অতৈদি তৌদ্রবস্থ মহাকপুদি হৌনবা সংস্কার তৌবায়, এ নখোয়গী লমন কাওজরোই ।

ঙুপা অমা— ( খোন কন্না ) চৎলো চৎলো সে লুপা মঙা নত্তে লুপা তরা লৌরো । সংস্কার তৌবা য়ারোই ।

রুহিনি — লুপা চাম্মা ওইরবস্থ লৌরোই । করিগীনো অশিবা হকচাং ভাক্তা সিদা থম্মীবসে ?

ঙুপা অমা — ইহে ! মরম খংলগা করি কান্নগনি ।

রুহিনি — মহাকপু হান্নগী মফমহুদা পুবিরো ।

ঙুপা অমা— ওস্থোক্ল। অনম কনগ্রেদা মসিগী অঙাওবীসিদি (কন্না) চৎলোনে অমুক পুবস্থ ভন্নোই, পুরবস্থ নংবু থানানা ফাগনি ।

রুহিনি — মরম হায়মু । অসিদ মাবু করিগী থম্মীবনো ?

ঙুপা অমা-- ডাক্তর হায়বহু খংত্রা ?

রুহিনি — খংভি করি তৌরবা ?

ঙুপা অমা ভতৈবা ডাক্তর অমা ওইনবা ডাক্তর তম্বা অঙাংশিংগীদমক্তা অশিবা হকচাংশিংশে থম্মীবনি, অশিবা হকচাং লেনখাইরগা অনাবা য়েংবা তমগদৌরিবান ।

অরোইবা শরুক

রুহিনি তুরেন্দা হৈ পৈ কৎতুনা লৈরি

রুহিনি. — ( মতে'মতা শোনজৈ ) হৌনবা দেব কর্ম্ম অমৎতা পাংথোকপা ওমদ্রেদো ননাইগী পুন্সি তোল্লিদা। নঙাক্কী থরাইনা লানবা ওমদনা ঐবু ঝারোনা কোইপাই পাইদু কৈরম্লগনি ... হে জগৎকী মপু হে দয়াময় ননাইনা মিৎকী পিগা লোইননা কচ্চরিবা লৈ মনা খর্‌া, ঈশিং খুজোক খরসে লৌবিয়কো। মহাক্কী থরাই লানহনবীরো। ঐগী মফম ওখিদ্রবা হে ইচাম্নুপা। অশি লৈবাক্তা লৈরবদি মফমদুদা নংগী পাজিস্থু চৎথ্রবনি মহাকপু তরাম্না ওকউকো ... — অদুগা ঐবুস্থু থিন্দনা লৌররো। কেম্লবা ঐগী হকচাং পোল্লাং অসিদা থরাইনা কংনোক তৌদুনা শাম্নবগী অর্থ অমত্তা থোক্কে। নথোয় অনিনা ঐবুস্থু লৌশিল্লরো।

৩বা অঙাং— ককহি আদা ঈশিংদা কুমহুনা করিনো অমা তৌরে।
লৈতুন্না থাসি …।

২বা অঙাং — হুম থারগুমসি নহাক্কমুক ফুবদো ·।

১বা অঙাং — চাচাদি স্বাইদা উদে ।

মখোয়না পুন্না— ককহি চাচা, ককহি চাচা, … … চাচাদি কদাইদা
চৎত্রে … ।

পুন্না লরুবা —ককহি চাচা … বোক্তা হন্ননবা
ককহি চাচা ·· কদি পুবা
ককহি চাচা · কুকু কুকু উশিং খুজোকসে থক্লরাও,
কুকু কুকু চেং খুযাসে লৌরুরাও ।

অঙাংশিংগী লরুবগী খোঞ্জেনা থ'প্পা লৈহৌই

কহিনি — (মতোমতা শোনবৈ) কদোমদনে। চৎলিবানব ?
লাই গুইরবা খোংনাং পাম্বীতুগী মখাদা ঐবু
হল্লুখিগদ্রা ? উথাহুদা অমুক হিপলুখিগদ্রা; পুম্নিগী
পোৎয়োম মচা কয়া, ন্নারী কয়াদি উথাহুদা তাহুনা
লৈহৌরি।

ঐ হল্লরোই, লৈহৌরসনু ·· আশা কয়াগা লোইননা
হৌগৎলুবা খাংপোকশংগী থৌরাং, লোইশনখ্রসনু
স · খোংনাংখোংগী ঐগী ন্নারী ··। নিংবা
কাইনা হেক হেক লোইশনবা পুম্নিগী থৌরাং
কয়া ঐ করিমৎতা মিহৌদ্রে, অশিববু কৌরগে ··।

(অসুম লাকপনা হোসপিতালগী
মিরেন শং য়ৌরে।)

( শোনজবা ) ও ডাক্তর থাম্না য়োরেদনা, পাম্মুবা
মহাকপু য়েংবা লাক্লিবনি ··· ।

মুপা অমা— করিগীনো শিদা লাক্লিবদি ।

রুহিনি — ইবু ঙো নংবু কা অসিগী থোং ঙাকপরা ?

মুপা অমা— নত্তে ! সে পৈশা তরানি ।

রুহিনি — ইমা পৈশা অমুক নিত্রে, ইমাবু কা অসিদা অমুকতং
চংহল্লু ··· ।

মুপা অমা— সিদদি চংবা য়াদে ।

রুহিনি — ইমা কুইরোইকো. মাবু অমুক্তং য়েংজগে ।

মুপা অমা— ( শাওরপ্না ) স্বাইদা মা লৈতে এনা চংবা য়াদে
হায়রীবসিনিনে চৎলো ··· ।

রুহিনি — সে থোংসি অমুক্তং হাংদোকউ ইমা কুইরোই · ।

মুপা অমা— ওস্থোক্না ইকাইবা খংখিদ্রেদা মসিবু ফাগীরা ? কা
অসিদা লৈরীবসে সরকারগী অকুবা ঙাক্তনি ··· ।

রুহিনি — মতুংদা চ বা যাদ্রবসু মিহুৎথোংদগী অমুক্তা যে জগে··· ।

মুপা অমা— নংনা হেক্তা য়েংবা য়াদে, য়েংগে হায়রগা অচৌবদগী
হুকুম অমা য়াওগদবনি, অচৌবদা ঙাংনরুচো, দরখাস
অমা থারুচো এনদি ঙমদে ··· ।

রুহিনি — অচৌবদি কদায়দা লৈ ? ইমা ঙাংনরুগে ।

মুপা অমা— সাহেবতি তুর চৎখি, ঙসি মঙানি তরানি
হল্লকখিরোই ··· ।

রুহিনি — আ অতুদি হায়রুৎতং মিহুৎথোংদগী য়েংখিগেকো ··· ।

মুপা অমা— (শাওনা ) য়েংবা য়াদে চৎলো চৎলো ··· ।

× × × ×

মতোমতা কম্বীদা শোন শোন্দুন চংলি।

ক্লহিনি — (কংনোক নোকপা) নং খংদমাল্লে, মহাক্তি এগী অশেংবা লন্নী, ঐ কবিমংতা ব্লাবংলবোই। থম্মু চেকশিন্না থম্মু ছত্রশিংগী নমুনা ওইনবা তম্মু, হৈনবা শি ননবা অদুবু মীওইবগী থম্মোইদা অস্থম্মক লোইশনখিবশিংদুদি নখোযনা খংবা ঙম্লবো; তম্বদা ওরবোই নখোযনা মচুগী ফ লবপা মহৈমশিংদুসু ঐখোযগুম্বা অতোন অতাগী নত্তে ... ..।

× × × ×

মফম অসিগী ব্লারিস্থু লোইশিল্লগে অসিগুম্বা থম্মোই পান্দবা মীশিংসিদ হাযজবাবোই, ঐ অমুক লাল্লবোই। কদোমদা চংকনি? এগী খুঙ্গংদা অমুক হল্লগে ..। ঐগী অঙাং ওইবিহৈগী হে তু খোং, খোংনাং বট পাম্বী নখোযবু ঙসিস্থু লৈবিবব? নখোয়গী মবক্তা ঐ অমুক চংজবরব নি। খুঙ্গ দা অমুক হনবা। মীশিংদুনা ঐবু নে ক্লবোইদ্রা? নোক্রসনু মখোয়গা ঐগদি মরি অমংতা লৈনদে, মখোযগী রং না অমনি, এগী বাবিনা অমনি ।

ক্লহিননা চাগা মখোযনি অঙাং ওহবিহৈদ্রা
শান্নাখিবা কেকু লোংপী নি শিংই।

চাচা — (অঙাংগী খোঙ্গেলদা খোম্বা, হাযফেং হাপ্পা)
ক্লহিনি ক্লহিনি কেকু ফোংঙো কেকু ফোংঙো
ফোং · ফোং কেকু ফোং ফোং ক্লহিনি
.. ক্লাহান
(লোইববা)

# চৎলেদো ঐদি থম্মোয়নুংদা মৈগী চীং পুদুনা

অহানবা শরুক

মমা — নহাক খোন পংরাং রাংথৎকস্থ ইমুংসিদা নংগী অধিকার অমত্তা লৈতে

সনধ্যাবানী — ইমা তোকলোবা মীগী মমাংদ খা-ও-রাং-ও—!

মমা — তুমিন লৈয়ু ওসিদি ননম্মসে খর চুমথোক্বা য়াদরী মতম কুইয়বনি ঐনা তুমিন্না থাংলক্লিবা।

বিমোলা — হায়নিংবমখৈ হায়জোও—অহুবু মুপাহ্ন লৈরিঙৈদা হায়বিরমলবদি কগদবা, শা চৎথ্রগা হইনা থোংবা, নাশিথোংদা তাইনবনদি কায়রোই।

মমা — হোয়েন মুপাদস্থ হায়গনি—নঙোন্দস্থ হায়রিবসিনি।

বিমোলা — অহুবু ঐনবু করি কায়খ্রবগে—ইক কজনা হায়রিদনা পৈশা অমত্তা লৈতে হায়দনা।

মমা — ওয়াংদা তলব কংথিবা নত্তরা হেকতা লৈতবা য়াবরা?

বিমোলা — কনা হায়রবস্নু লৈত্রবদি লৈত্রে নমা নচা চংহনা
ফুরিরো, হাংকে হাংপিরো।

মমা — অহুমনা লাওশিল্লগা ঐ গ্যান য়াংগদবা নত্তে, নংনা চুমলে হায়গদবা নত্তেকো। ঐনা পৈশা হায়রিবসে নঙোন্দা হেক পিয় হায়বস্নু নত্তেদনা, চুমনা ইচানুপী সনধ্যারানী ঐখোইনিনা পাইরমগদ্রা হায়হনা তাম্নবনি। অহুধু নংনা হায়া হেকতা কনথোকপগী মওংহুদি—নং খ্ত্রবা নংগী মুপাদো ঐগী ইচানুপানি, ঐনা হেক পোকচবা ঐগী হক য়ামনা লৈথ্রবা সনধ্যারানীনা মাগী হেক মচন গুপ্ট।

বিমোলা — ঐগীস্নু হেক মুপা—ঐগীস্নু হক য়ামনা লৈথ্রবা। চহি অহুম পুরা মুশিনবগা লাকলিবনি ঐনা লৈশারিত্তেদা নচানুপানা হায়খিবহুদি অমত্তা খংবিরমোইদো।

মমা — অহুগুম্বা নংগী বেব্যহার লৈতবা রাঙাং।

রাজেন লাকপগী কার মখোল তাবা

সনধ্যারানী — ইমা খিং তোকপিরো, ঐ খুরুমজগে তামো লাকএ.।

বিমোলা — (কপ্পা) নখোয়না ঐবু তৌরিবসে। ঐদা চৎচখ্রগে হা ইমা ইবেন্মা।

মমা — মুপা লাকএ, রাগ কনখৎলু।

রাজেন — অা করিনো তৌনরিবসিবো?

বিমোলা – (কপ্পা) হা ইমা ইবেম্মা—ঐবু লৌবা লাকও।

রাজেন — অছু করি তৌরবগে।

বিমোলা — ঐবু হৌজিকমক থিনবিয়ু। (কপ্পা)।

রাজেন — (খরা শাওনা) মরমছু হায়য়ু হায়বা—সনধ্যারানী করি তৌরে হা?

সনধ্যারানী – করিস্থু নত্তবদা।

রাজেন — করিস্থু নত্তবদো করিনো হায়বা?

মমা — বিমোলা। নংস্থু কপশিন্নবু। ইবুংঙো নংস্থু কিংখিয়ু বিমোলা করিস্থু চৎলোইদা মরমছু ইমা হায়গে। অসিনি নচনগী মনাসে সনা মচেৎ অমত্তা পকক্রে হায়ছুমা নহান শাবনে অশামন নংঙোন্দগী লৌগে হায়ছুনা স্থুম পম্নবা অছুদনে বিমোলানা লৈতে খোৎতে হায়দনা হান্না কনথোকপা।

রাজেন — অছুগী ওইরে নখোইসিমা ওনথোকনা আঃ পৈশা লৈববুদি লৈত্রবনি।

বিমোলা — ঐবু থওইবিদবনে ঐবু হুজিকমক থিনবিরো। অসিগুম্বা ষ্টেন্ডর য়াওদবা অনন্দরষ্টেন্দিং লৈনদবা য়ুমশিদা ঐ স্থুকলৈ লৈনিংদে।

সনধ্যারানী – ইনম্মা মত্থদি হায়বীগনু। ষ্টেন্দর কনানা য়াওহনদবনো অন্দরষ্টেন্দিং কনানা লৈহন্দবনো ইনম্মাগা তামোগতা অন্দরষ্টেন্দিং লৈনবা পাম্মী,

নখোয়না ইমা ঐখোইনিবুদি হুই হৌদোংগুম থল্লি।

রাজেন — তুমিন লৈয়. তুমিন লৈয় কজদে।

মমা — করিনো মুপামচা। বিমোলানা কপশিন্নবদি খামদনা নচম্না অচুম্বা হায়ববুদি হেক মখাম্বা।

রাজেন — করে তোকলসি. পৈশা কয়ানো ?

মমা — লুপা ২৫০ থকতনি. অছুব ওসিগী রাকমসি লুপা ২৫০গী নত্তেকো নং খংগদবনি।

রাজেন — হয়েংমুক্কী থাদা শোয়দনা তৌরশি হন্দকীদি মীগী থর শিংখিবনে গারী শেন্নদা অতুদগী; মখোইগী অঙাং অমা লাংকৈদা লৈবতুগী থরা পাংও হ য়হনা।

বিমোলা — মহুদি হায়রকম্নু থুনা শিংওককনি হায়বনি, ঐখোয়নম্নু পংহায় হায়রুই মখোয়না তৌবনা হেল্লবনি।

মমা — ইবুংঙো রাজেন। ইমা খংলে হয়েংমুক্কী থা নত্তে শুকপি পিরক্লগম্নু ইমা নঙোন্দগী করিমত্তা লৌর রোই, নচলমুপীস্নু নঙোন্দা মুকহায় হায়হলরোই— ইমানা পেন্দবা য়াম্না লৈ। ইমাবু পৈশা য়াওদনা চাকথুম শিলহনবা, মীগী পোংয়েং-চাকয়েং, মরি মতাগী মীৎয়েং। শিকি অমতং দরকার লৈরবস্নু নংগী মুপীদা হায়হনবা—নংগী মুপীনম্নু পেন্দবা।

রাজেন — হোই তোকঅসি হয়েংমুকী থাদগী ইমাদা লোইনা পিরগে।

মমা — মচু নত্তে, ওসিদগীনে ঐগীসু সুংঙাইবা, নখোইগীসু সুংঙাইবা, তোঙাম্না হেক্তা ইমা নখোইদা য়েংলরোই।

রাজেন — হোয়দা মচুনা করে থা অমগী ঐ ইমাগী খর খর থাররক্লগে।

মমা — করি থাররকপা ইমাসু মীনি নং ইনজিনিয়ার সাহেব ওইনবা মিথোই মিহেন্না নমান্নবা মরক্তা তিলহনবা ওম্বা নমানি।

রাজেন — সনধ্যারানী নংদি কনাগা চাগনি?

বিমোলা — ইবেম্মা ঐথোয়গা চাসি।

সনধ্যাঃ — করি নথোনা লৈদুনা রাকমচু পল্লিবনো ঐসু মীনি ঐবু সুংশিবীবা ইমাগী নাকতা লৈগনি। ইনম্মদি ষ্টেন্দগী রাকম, মীগী ফিজেৎ চাকচেং অরুং অরাক খরা তম্বা থম্মোইদ যক্ত হাওদিগী কোমগুম্বা।

## অনিশুবা শরুক

তপ্পা নোং চুবগী মথোন

সনধ্যাঃ — ও। রাধা …রাধা।

রাধা — হায়মা! সনধ্যারানী— নোংলকসিদা করি অরুবা লৈবগে, ছাটিনস্নু য়াওরকতমাল্লে।

সনধ্যাঃ — করিস্নু লৈতেদা ঙসি থবক থরা কোম্বা। নংনা খংলিবত্রু মঙাই নোং চুবা হুমিংসিদি ঐগীদি থোইদোকপা ……

রাধা — খংলেসে, কি হোংদোকউ নোংলকসিদা কৌরুতো হায়ব্রা ?

সনধ্যাঃ — মশানা তাবনি. মাবু লৈরমগদরা? মাগী পাও অনৌবা করি তাই?

রাধা — করিবু তারুদগে হামু হামু, নংগীসি তোকনরোদা অকবা অমা লৈরে, তলব লুঃ ৮০০ চায় হায় এম, এসসি, নি।

সনধ্যাঃ — হোয়নে মতুনা করগত্রনে। অতু মাবু হান্না অমুক্তা কৌবীরুচো

রাধা — হোয়নে হায়রগনা কান্নদবদ কৌররোই। কজনা অওইবী অমা ঙাংনরসিদনা। মহাক্না মুন্না থংই-মানা হৌদোরকপনি।

সনধ্যাঃ — অহুদি ঐগী পুন্সি চুপ্পদা নোং হায়বদো কাওথোক-হনবা ওমগদ্রা নোংলিক অমত্তা ঐঙোন্দা উহনদবা ওমগদরা, কান্নদে, রারেমনি। ইকোকসি কেনবা তারবস্থ ওমলরোই থুনা কৌবীরুচো। ইমাস্থু হকচাং কয়া ওমহৌদে।

রাধা — হোই হোই নংগী অনম কনবীসিদি কৌজরুরগে।

ম্যাজিক তেল্ল

শৈলেস — কয়াম কুইরে লাকপা?

সনধ্যাঃ — ঙাইহাক ওইরে।

রাধা — ঐ চা লোল্লুখিগে রা তপ্পা ঙানৌ অসোমদা পাকু ভুমলিবনিকো।

সনধ্যাঃ — কঁরি এঙ্গাং চারকই।

শৈলেস — আ। করিনো ঙসাইগীহবু ও শোগ্‌। করি কান্নদবদা হংঙকইবনো হাওনা চাদে থংলবমক্তদা।

সনধ্যাঃ — ঙসিস্থু নংনা থোংবা।

শৈলেস — হোই থোংই কৈদোরবগে?

সনধ্যাঃ — হয়েংরাই ঐ লাক্লগস্থু মরক মরকতগা থোংবীগদরাও। থোংবীগদবা মানদে, ঐনা হায়বদি নাতোনগা খর চাওথোরক, পোৎকা লংখাইগদবা মাল্লি।

শৈলেস — লাক্ত লাকপীর নথুংতা হামহুনা পিজগে।

সনধ্যাঃ — হোয়নে হোয়নে হৌজিকপুদি তাবা মুংঙাইরি ইনৌদ নৌ ইপেৎতা পেত. য়ুম য়ৌরগদি হিংচাবা ওল্লকপরা করিনো। মুংদাংদগা হল্লকত্রবদি ঐদি নখোইগী মমাং পুথ্রিত্থদা চোংথগদবনি।

শৈলেস — ( তম্না নোকপা ) কমন্দুনা নংনা খাগ্বা ঙমলোইদবনি। মীনা মংঙোন্দত্থম থিনা হায়ননি মাগী সনধ্যারানী অসিনা শৈলেস অসে হৈনা শিজিন্নখ্রে। মন উকায় তকপত্থ ঙাই, মীমাংদ পোদে হায়বদা থাকই। নংবু ইকাইরোইদ্রা ?

সনধ্যাঃ — ( নোক্ল নোক্ল ) ইকাইরোই।

শৈলেস — হোইদ—নংনবু ইকাইদ্রবদি ( নোকমিন্নবা )।

সনধ্যাঃ — ( লোলপনা ) করে মুমিৎ অমং থারোদনা।

শৈলেস — সনধ্যারানী নংসিমা অওইবা ওইনা হেক্তা।

সনধ্যাঃ — অওইবা নৎতনদি কাগিরা ? ঐখোইনি কয়াম কুইবে অসুমনা লৈরক্লিবসে ? মীনা থিনা ঙাংনরবনি।

শৈলেস — ঙাংননিংবমথৈ ঙাংনসনু নং-ঐদি খংনরিদনা ঐখোইনি কয়া চমনা মুংশিনবনো থিনা ঙাংনবা য়াবা অমত্তা তৌদে। অত্থওইরবদি তোক্লরসিনে নংসু খরা রাই শংনবা।

সনধ্যাঃ — নং ঙমগদরা ঐবু কাওথোকপা …?

শৈলেস — উম করিগী ঙমদনি ।

সনধ্যাঃ — ঐদি ঙমলোই শুকঙম ঙমলোই।

শৈলেস — অশেংবনি ঐসু শুকঙম ঙমলোই,।

সনধ্যাঃ — অদু ওইরবদি করম্বা মতমদনো ?

শৈলেস — সনধ্যারানী ঐ নঙোন্দা কয়ারক হায়গ্রবহুনি. ঐ শেল থোকতে. ঐ থবক তৌদরি ঐসু রানি নংসু রানি। নংনা খংলিবহু মঙাই থবক থিরি। ঐনা য়াওবা ইন্টরভিয়ু মশিং খংদে। করি উপাইনো !

সনধ্যাঃ — নহাক নোংমা ইঃ ওঃ গী য়াওখিবহুদি ?

শৈলেন — ওরাং হায়দোকখ্রে ...।

সনধ্যাঃ — করম তৌরে ?

শৈলেস — মাই পাকলবদবো ঐনা নঙোন্দা তমলোইদবগী মরম লৈব্রা ?

সনধ্যাঃ — ঐদি শোইদনা নংবুদি খল্লকনি খল্লম্বনি, নঙোন্দগী হেন্না কবা কেন্দিদেট য়াওরমগদবা মানদে।

শৈলেস — মহুনা নংগী রাখলনিদনা সেলেকসন বোর্দকী চিয়ারমেন্মু নংনা ওইরমলবদি ফগদবা।

সনধ্যাঃ — কান্নদে হেক্ লৈব্রবী থাহুনা হোৎনৌকো ঐ ভিকম য়ামনা ফংত্রবনি।

শৈলেস — নংগীদা নঙ্গে ঐ ইশাসু ফিভম ফংত্রবনি হিংনবগী লানফমসিদা থুংলাই অমতা পাইদবসে। শোল্লবা ইমা অমদি ইনাও অমসু ঙাকথোনবা হোৎনরিবনি। নহাক্না ফম্মিন্নবা মতমদা খরদংদি শাফৈ খুজিক্তং, খজিক্তং মরেক মহাও থোকপগুম তৌই অদুবু অহিং খুদিংগী ঐগী রাখল কুরুক্ষেত্রদা লানজাও অমা থোকই। হিংনবগী উপায় অমদি নংগী মুংশি.রাখল ।

অহুমশুবা

মমা — সনধ্যাবানী কদাইদা চৎলুরিবনো ?

সনধ্যাঃ — য়াধাহোয়দ চৎলুবনি।

করিগী অমুক কুইনা ?

সনধ্যাঃ কুইরগা করি তৌরবগে. ঐনা করি তৌনি হায়বগে ?

মমা থংদে থংদে ঐদিনে নাতৈ পুতৈ চাত্রবদিনে য়ারোইদবনিকো। নং অঙাং নত্রে অকবা ওইহনগদবনি নবুংসে খংভেদনা মঙোন্দগী হেনবা।

সনধ্যাঃ - ইমানা হেন্না মথোং চাখিত্রে।

মমা — মথোং চা-চাদবা মুংভাইতবা পাও হেক তাবদা ঐদি হু হেক্তা থকদবান। নবুংদগী তাদবা হায়রিবসিনি।

সনধ্যাঃ — ঐখোইনবু করি কদুনা অহুক য়াংববু খলুগদৌরিবনো…?

ইমা চাকপু থোংবরা ?

মমা — থোঙজে থোঙজে নন্তোলহোৎদগী কৌটা অমগা

লৌরুরে, লাইরীক তম্বীবগী পৈশা অমত্তা পিরক্তবরা ঐ হায়রুচোরা ?

সনধ্যাঃ — হায়রুমুদা মরাইনা পিজরকনি। ইমা ঐগী লৈত্থবু অশামন পিবা ওমগদবা মৈতরে থুগাইরসি, কৌ খর রানশিল্লসি লং খরগা লৌশিল্লসি কি মতেক ময়েক থোকপিদো য়াম্না চৎলে হায়রকই।

মমা — ইবেম্মা চরা নামত্তা চারবম্ থ চাসি কাইথোকবনা ফগানিদা চৎথোক খোতোকপদা মুপী ওইবীগী অত্থমা য়াওত্রবদি।

সনধ্যাঃ — ইমা এগীদি করিমত্তা খল্লুম্ ঐগুম্বী লুকোকপী অমা ইমাগী ইচানি হায়বদা ইকাইবরা ?

মমা — ভুমিন লৈয়্।

সনধ্যাঃ — ইমা তামোহোয়না ঐখোইবু য়েক্লবা ওইনা উরক্লিবসে করিম্থ লৈত্রবা পৈশা খরা, সনা মচেৎ খরগীনিকো।
( কংনোক নোকই )

মমা — চুমহনা লৈরবা রাহ্দা হনজিন হনজিন পাল্লিদকো।

সনধ্যাঃ — ইমা হন্দক মরকসি করিনো অমা খল্লকলে। সনা লুপা য়ামনা তানশিরা মখোয়বু কংনবগীদমক্তা থয়াই থাবনা চুমশিবরা, সনা লুপা লৈবনা পুন্নমক ওম্মি, মী খুদিংনা হুংশি, সনমান তৌই নত্রগা মখোয়সিবু তুকচনা হঙ্গোইনা খল্লগা থাপনা তানথোকখিহ্না ...।

মমা — ইবেম্মা নং রাখল মকাং মকাংঙে নবুবু য়াম্না রাগ্নৌরে।

সনধ্যাঃ — রাগ্নৌবা ওইবা য়াই, ওইদবা য়াই অহবু রাহংসিমদি

তত্তনা পোকলে। মীওইবা! শিবা চংবসিগী মনক্কসিদা চংনবীনি হাযছুনা ইজৎ সনমান, লৈতেং, অরৈবগা-লৈতবগা তান্নহনবা অচেনবগা অকম্বগা লমজেল তান্নহনব (নোকপা)।

মমা — সনধ্যাবানী নংবু কবি চোঈবোলনো?

সনধ্যাঃ — ইমা চোইরোল নত্তে ঐ লমজেল য়াওবোই, ঐবু মিচেননি হাযগদ্রা? হায়নিংবা মখৈ হাযজসনু।

মমা — কান্নদবদা ফৈবেং তুবেং ঙাংলিবছু তুমিন লৈযু।

সনধ্যাঃ — তামো অসে অসিগুম্বা মীওইবগী হিংনবগী লমজেলদ ইহেন হেন্নবা হোৎনবদা ঐখোই ইশামকস্তু লমজেল যাওরী হাযবা কাওথোক্লুই। কম্বাদা কন্না ভাবুকুমনা খোন তাবা মখৈ লাওখিবা। তামোনা চেকথনবা মতমদা ঐখোয়না হুমাং তৈথোকপিখিবা ঈশিং চাইবিখিবা। ওসিদি মহাক লমজেল থোইরে, ভিকতরী ষ্টেন্দা লেপলে, অতুগা ঐখোয়বুনা লম্বীদা তারম্বা খুদি থিহনবা মুংতুমগুম উপ্রেকো। ঐ মুমিংশিংদো নিংশিংলি—ঐখোইনা খোনতাবমখৈ লাওখিবহু, থন্নাই য়াওখিবছু ঐ নিংশিংলি।

কি কোন শাবগী মখোল
হৌখিবা নিংশিংব

মমা — ইবেম্মা থেংমনখরে তোকলো ইচাশিদি পোথারো।

সনধ্যাঃ — ইমা ঙল্লমখিনি, অরাংগী খুরা মনি হল্লকপা ভাদ্রিয়ে।

মমা — নংনা ভাহৌদবননি ঙসাইনা হনজিনপ্রবনি মিকপ অমবু হায়রম্মনি।

সনধ্যাঃ — ও, হোয়নে, ঙসিদি থেংমনথ্রে খল্লম্বুনি। অদু ওই-রবস্থ ফি অমদি তাল্লমগে কংগদৌরে।

মমা — য়াম্না থেংঙবনি ইবেম্মা।

সনধ্যাঃ — হোয়, হোয়, লোইশিল্লগে তামোগী শেন্দুবু করম তৌগদৌরিবনো?

মমা — নোঙাল্লগা ঈশ্বরনা তম্বা অমা লাকনি। চহি কয়াদি য়াংলি লোইগদবা?

সনধ্যাঃ — চিঠিদা ইয়কপদু চহি অনিয়োম য়াংলিমাল্লে।

মমা — ওথোক্লা শাংলবা মতমনি ইমা ইচাদা। হে ঈশ্বর করিনো নংনা তম্বীরিবসিবো! শেল থোকপা মহাকতো ইচানা লাইব্রিক তম্বা লোইবা কাওবদদি ঙিংহনবিংদবা করিগীনো!

সনধ্যাঃ — ইমা মুংঙাইতবা তৌরুরম্ব, ঐগী উপাই লৈ, ঐ শোরদনা ঙমগনি মহান বক্সোব থমথিবা ঐগী নেক্লেস-তো থুগাইয়ো মহু হন্দোকপা ওইদবা য়ানি, শেন্দোই ককহৌরগা অরেম্বদুনা তাম্মোগী থা অনিগী পৈশা কোম্নরনি অদুগা খুদোপসিদি শুক্লাই কাইরয়োই পাবুংনি থম্না থম্নগে।

মমা — ইবেম্মা।

সনধ্যাঃ — হয়েংদগী ঐগী ছাত্র থিগনি, লাইব্রিক তম্বীগনি অদুগা ইমাম্নবা য়াধা, কমলা, য়িতা, য়নজিংহোই মখোই

অরিদা থা অমগী লুপা কুনথ্র। কুনথ্র। পাংহনগনি
মখোয়দি ইনাকস্থ খুনবা থম্মোইস্থ চাওবা মচা ঙাক্তনি।

মমা — ইবেম্মা নেক্লেসতু কাইরবদি নংগীস্থ মিং চনবগী পৈশা
য়ারনিদনা।

সনধ্যাঃ — ঐদি মিং চল্লরোই, ঐনা ছাত্রী ওইরবদি করম্বা
কান্দা পৈশা তানগনি।

মমা — ( কপ্পা ) ইবেম্মা।

সনধ্যাঃ — ইমা করিগী কপলিবনো। ঐনা খল্লিবসে অচুম্বনি
ওইখোকপা য়াবনি খল্লি। তামোনা ইঞ্জিনিয়ার
ওইরগা ঐ অমুক তমথনিংবা মথৈ তম্বা য়াই সনাস্থ
অমুক শারগা লোইরে। হয়েংদগী ইমাম্নবশিং উন্নরুনি।
ঐনা হায়বা মখোই শোইদনা য়াগনি। অচুগা
ইমাস্থ ইন্দোনচা থরা উপ্নৌ অঙাংশিংদো খর থাররুবা।

নিংশিংবা লোইরবা

সনধ্যাঃ — ইমা ঐখোইনিনা তামোগীদমক কয়াম রানা হোৎ-
খিবা ? মাবু থংদবা জাৎলা হোৎনখিবগীদমক মমল
পামলুবা নত্তে, অচুবু মাগী মতৌশি উরগা করম্বা
মমা মপানা মচাবু শেমনিংগদৌরিবনো। ( কপ্পা )

মমা — ইমা লৈরি। ইচাগী করি ময়েং তাগনি।

সনধ্যাঃ — ফনমক হায়চুনস্থ মিচৈ অমদি কাওবা য়াররোই।

মমা — ইবেম্মা। মসিনি স.ধারন মীওইবগী লোনচৎ শাজৎ
মুংঙাইরবা মতমদা কাওথোকপা রারবা মতমদা
নিংশিংবা। মহাক্না লংকৈদা শেল থুমগী রারবা মতমদা

নংনা থাবা শেল কংলগা মতমহুদা খল্লমগনি ইচল নত্তে ঈশ্বরনি। ওসিদি নংগী দরকার লৈতে মানা, মুংশিজবা মুপীগা ওয় তৈনৈ। অহুনা কাংথদা চংবা লিনগুম খল্লে।

সনধ্যাঃ— অহুবু ইমা ঐনা মাগী মপান খর তাংবা হায়বসিবু সধারনগী লোনচং নত্তবরা ? পুমুমকসে ইনম্মনা থোকহনবনি ইনম্মদা খর শাওনিংই। ইনম্মনা পংহায় হায়জিন্দুনা তামোগী পুক ওনবনি।

মমা — মহুমনা খনগনু মী খুদিংগী হৌনশানি তোংডাম্লিংবা, মশাগীতা তানশিন্নিংবা হায়বসিদি। নংগী তামোগী ননম্মগীতা নত্তে মসিদি মীওইবা হায়বহুগী মপোকী কোমজরক্লবা দোবনি। মশামক ওইজবা পাশ্বনিনা ওইজবগী বাফম হৌদোকপদা মশানা য়াজবা তাবনি। অহুবু পুকচেল শেংনা থাদোকপা কংথোকপা হায়-বহুনা মুংডাইবা ওইগনি। ঐথোইসু পুকচেল শেংলম-দবনা ওসি য়ারিবসিনি।

## মরিগুবা শরুক

য়াজেন — থর য়ারেনে য়াবৌবিবা য়াদেকো।

বিমোলা— ( নোকপা ) য়ায়ৌরিবনে অহু হায়রগা হেক্তা য়াত্রনে?

য়াজেন — কয়ি এঙ্গাংনো?

বিমোলা— রৌ অমা থোংলে অমনা ইয়োল্লি। ভাক্তা অমগা তাওব্রি। হাবা য়াবিয়োইদ্রা?

য়াজেন — হোয়দা হোয়দা, নংনা চানিংবতা তৌরো, হন্দক মরকতি ঐদি ইহাওদা হাওয়ে নহালমখৈ থোংঙমদবগী বানি য়াম্না হৈরমখ্রবা জাংনি। ( হায়কেং নোকমিয়বা )

বিমোলা— য়াম্না হৈবা জাংনি। তৌররোই হায়না তৌদবা জাংনি খুৎশাদি পুমলোই লোইরে মী অমত্তা থমশিবা।

য়াজেন — অমত্তা নত্তে অনি লৈরব্বা নত্রা নংনা চৎহনজখিবনি।

বিমোলা— য়াম্না থেয়ে। মথোয়দি অধিকার তাল্লকই মী থম্বদিবে ঐখোয়না হায়রিবমখৈ য়াইদনা।

রাজেন — খণ্ডদেদা মীওইবা। ওকপ্রবা হায়বছুনি পেনবা কৌবা
লৈতবা। মসিনা কগত্রা খল্লম্বনি অমমুক পামলক্লেদো
করি হায়বগে? মীত্তুম্ব পৈশাগী অধিকার তাল্লকনিনে।

বিমোলা — কয়া য়াম্লি হায়বগে পিবা তারেদনা।

রাজেন — হোয় প্রপোজেল অমা থাংগৎলক্লিবনিনা খল্লবা তারে।
… আ … ইমাখোইত্তবু চাক থোংখিবগী খুদম উবরা?

বিমোলা — খণ্ডদেদা পুকনৌবগা য়ারৌবগনা — ওসাইদো মাইরেন
অমা থিল্লুবনে ইমাইপেম্মা শিবু শিরমগনি। মাই-
রেন্দো লংগুকপদা শুমাংদা কাইত্তুনা লৈহৌবনি।

রাজেন — কদাইদগী লৌরনি, রৌগা ভাক্রাগনা থাংদগী মনমদমক
চৎহনখিবা অদুগা মাইরেন থিল্লুবনদি? ওরাংগী ভাক্রাত্তু
পীক্লচোদনা।

বিমোলা — সৈত্য লৈমিন্নবা ওম্বোল্লা মু ভাইখিত্রে। খোইদৌসে
শিকপ্রবা ঐনা অম্নুক য়ানা হোৎনবসে … শিক-
নিংঙেদকো।

রাজেন — নংবু কাগিকা হায়বত্তু খণ্ডব্রবরা ওইজবতা খল্লিবেদা?
ঐগীসে কাগী হায়বত্তুনিনে।

বিমোলা — কাগী মতৌচাদে।

রাজেন — করেনে ঐ লাল্লে, বিমোলা ঐস্তু থংই সংসার হায়-
বসে ইশাগীতা য়েংগদবনি।

বিমোলা— করি হায়বা ইশাগীতা য়েংগদবনি হায়বা ঐস্তু য়াওব্রবা?

রাজেন — ইসেং ঐখোই নিসে অমত্তনি হায়নবদাইনে মুপা মুপী
হকচাংদ ভোঙানবনি থম্মোইদি অমত্তনি।

বিমোলা—( নোকপা ) হোয়নে অচুবু খল্লবদি।

রাজেন — ঐখোয়না মীগী অরাবা য়েংলুবা ওবা নত্তে। ইশা করগা লোইরে। ঐ মুংঙাইরগা লোইনা মুংঙাই-গদবনি। মখোয় মখোয়সু ঐগী রাখলসিদা মী অমা নমচুনা ওইনবা হোৎনরগা মুংঙাইনা হিংনবা হোৎনবা, অসিগুম্বা মীওই ঙাক্তা পুনশিল্লগা মতিক চানা মুংঙাইবা পৃথিবী হাপ্পবচু মশানা ওইজগদবনি। মসি ঐগী আদর্শনি।

বিমোলা— এ। তেক্লিকেলতদা চৎচুনা নগাল মথৈ মওং অমা ওইনা উকবে সাহিত্যবু য়াম্না রাংলমগিবা জাৎনি ( নোকপা )।

রাজেন — অচু ওইরবদি খরসু হাযনি ঙে …।

বিমোলা — (নোক্না নোক্না) হায়থবকউনে।

রাজেন — ঐগী থিওরী য়াম্না চমত্রবা জাৎনি। য়েংউ প্রকৃতিদ উচেক ভিন কাং পুম্নমক মচা পোকই: মকুম কোকই, পিকপিঙৈদা শানা মখোম পিথকই। উচেকনা মচিঞ্জাক ইনবি, চৎপা তম্বী পাইবা তম্বী অচুদগীদি ।

বিমোলা — অচুদগীদি … পুমহৈ হৈরকই নত্রা ?

রাজেন — নত্তে অচুদগী নো'মদি মাগী মাগী হিংনবগী লম্বীদা মখোয় জুরা জুরা চৎমিন্নখি, পাইমিন্নখি, অসুম চৎ-মিন্নখি, অসুম পাইমিন্নখি … নোংমতসু হল্লক্তে নোংতসু য়েংলমদে … মপী মপাচু নারিত্রা, য়েন্নিত্রা করি চারিবা, করি থকলিবা — মসি প্রকৃতিনি …

অচুম্বগী মমিনি

বিমে'লা - ঐখোয়স্থ প্রকৃতিদা য়াওরিবা নত্রা (নোকমিন্নবা)।

রজেন - অহনবু হেক হেক থনজাম্নরগা নংনা হায়বা ইল্লিবনি —।
(নোকমিন্নবা) কেমিলি চাওদ্রিঙৈদা হোনিমুন চৎ-
নিংবনি। — দার্জিলিংদা মুমিৎ থোকপা কৈনাকুমারীদা
মুমিৎতাবা য়েংনিংত্রা?

মণ্ডাশুবা শরুক

সনধ্যাঃ — রাধা মহাকপু লৈহৌত্রা?

রাধা — লৈহৌএ! কোবা থাহৌরিয়ে। ঈশিং খর চাইবিরুচো।

সনধ্যাঃ — চাইরুগেদো।

রাধা — চাইবিক-চো ইঙ্গোমচানস্থ হরাওনি। নখোই অনিবু
কন্নি করি মতাং য়ৌববগে?
মানবু কন্নি হায়বগে?

সনধ্যাঃ — চেং লৈতে চরা হেনবা ঙমগদবা লৈরবদি লাকউ
খর হায়, পুংদোন মনা, উনা শিংনা চাবা হৈগদবা
লৈরবদি ঙসি য়াই খর হায়, নংগী চেং পুজরকউ খর হায়
অস্থম লৈরক্লিবসিনি।

রাধা — নংস্থ ভঙাইকদ্রবদি লৈমিন্নবা য়ানবা কন্নি করিনো
চাবা খর তমশিল্লুদনা।

সনধ্যাঃ — হোয় ঙসিমক তমলুবাগে।

রাধা — এ ·· লাকপু লাকএ-তু নশম ননাদো মিংশেল অসিদা লৈরে।

সনধ্যাঃ — এখোইগীদি ইয়া য়ানজেদা নখোইদৌনা কেবদা চংনবা নত্তেদা ···।

সনধ্যাঃ — আ ··· কোবাবু ফুল তাহৌরব্রা ?

শৈলেশ — হোরেন মুমিদাংবাইরম তাগনি হায়হৌই। ( মখোই অনি নোকমিল্লে ) খংদেদা, হিংনবগী লানকমদা নোংমৈ তোপ মরক্তা ঐনা খুলাই য়াওদনা খুত্তুম খিত্তং হায়গৎপসিদী।

সনধ্যাঃ — য়াচোই হৌরকনু।

শৈলেশ — করি পুরকই করিনো অমত্তা চাগেদনা ?

সনধ্যাঃ — করি পুরকউনি, নয়ুম ময়াদা লাকপবু নংনা পিজগদবনি।

রাধা — হোইনে করিনো অমস্তু চামিল্লরো, ওসিদি য়ুমদা চংলুরসি, ইমাদো খুরমহল্লো।

শৈলেশ — চংবা য়াদে, নখোয়না লাংবগী ইনিলদা য়ুম তেকনি অরেম্বদা নন্দুনা তোকচনি।

সনধ্যাঃ — হোয়দা, হোয়দা চংহননিংব্রবদি খিৎ তোকচরগে মতুংদদি সিদকাও লাক্লরোই।

রাধা — মহুনা হেক ফৈ।

শৈলেশ — চংহল্লিংদবগী নত্তে করিগী ওহারুদগে। লাইবক্কবু তমলবদি পুন্জি চুপ্পা, অতুবু খর লৈরগা হৌহনা চেল্লিংঙকনি, নোংবু য়ুবনে, চানিংঙাইবু লৈভবনে ইমাগী

ইশৌন কনবনে। নরক হায়বত্থু মসিদগী হেন্না রারমগত্রা খল্লকনি ।

সনধ্যাঃ — নংগী ননাকতবু লৈরবদি নন্দন কানন, অম্রাবতিগী লৈকোন লৈকোলগুম খনবা ওমগনি, কুবেরগী কোন্থং-দগীসু হেন্না মুংঙাইগনি। নোং চোংলবসু চোংমিন্নসি শা-উচেক্‌ন্না নোংকাদোক চন্না হেনববু কৈদৌই হায়বগে? নোংশা কৈদি মুমিং ৪/৫ চাদবসু য়াওই অহুবু মখোইমুক কনবা থৌনাব্বা লৈতে। ইমাগী ইশৌ লাংবসু অহু মঙাই খুমব্রিদ্রগা লোইরেদনা, কিল্মগী মুংশিবা ঈশৈনি খনদোকে।

রাধা — অহুনি অহুনি য়ান্নগা খা গনি। য়াত্রগা কোক হল্লরুগা লোইরে লম্বী খংঙিববো হুজিকালদবু করি বেয়া লৈরিবগে?

শৈলেশ — ঐনা চান্নমরা হায়রগা নখোইনা ফাগী তাহল্লে।

রাধা — সনধ্যারানী অওই অওইবা ঙাংনজহৌরো ঐঙোন্দা অমুক ঙেং ঙেং তৌরম্মু। ঐ কেকু লোৎলুখিগেকো।

সনধ্যাঃ — অশেংবনি রাধানা হায়রিবসি। অওই অওইবা ঙাংনসি।

শৈলেশ — সনধ্যারানী, ঐ খঙই বংনা ঐবু তশেংনা মুংশি। ঐনসু নংবু তশেংনা মুংশি। জগৎসিদা ঐনা মুপী অনিথকতমক খঙই। অমনা ইমা অমনা নহাক্নি। ইমাদি য়ুমদা লৈমিন্নে নহাক্তি ঐনা ধ্যান তৌজে, মুত্তি ওইনা অহিং খুদিংগী লাকই, পুজা তৌজরিবনি অহুগা অসুন্না রান্নী রাতাই শারম্মগা য়ুমদা

হনবা মতমদা ঐনা থমবল্লি, তকশি শোল্লি! অসুক মুংশিবা অসুক ফজবা শকতম অসিবু চৎহনখিগত্রা ঐগী ওইবা কংলরোইদরা ?

সনধ্যাঃ — অদুদি করি তৌরবা ?

শৈলেশ — অদুবু পুন্সি অসে মঙলাক্লবগা চপ মান্নরে। মিরাংদা থুরবা কুরাক্ মলে।

সনধ্যাঃ — চান্নথোইবা ঐনা হৌদোক্লিবসিনি হৌগৎলো. য়াগদবা ঐনা য়ারি-যেংশি মুংশিনবা থুংনবগী পুন্সি হায়বদু, চৎমিন্নসি যেৎকা ওযগা য়েংমিন্নসি মহৌশাগী মুংশিবা, খুৎশেমগী অঙকপা। চোকথরবা রারবা কান্দা ইকোকসে নতমবাক্তা মোনথাংজগে, অসুম ফমদুনা ঙসিগুম মীৎ-কুপ্তবমথৈ য়েংজগে নংগী মাইথোং।

শৈলেশ — মদুথক্তনা য়াদে, হিংমিন্নবা তারবদি য়াম্মা চঙই।

সনধ্যাঃ — করিমতা য়াওদ্রবসু ভিক্ষাবিগুম কোল্লবসু ঐ ইপেন্দা পেপ্পরগে।

শৈলেশ — মদুদি সাহিত্য, উপন্যাস, রারী লাইব্রিক, সিনেমা ড্রামাদ ফজবগী রানি। নংসু মুঙাইগদবোই থম্বনি, নশাদা থোক্লবদি—তোক্লসি ঐনসু য়েংবা ঙম্মোই। মসিদসু নত্তে নংগী ইমাগী মিংকী পিসু কংলোই, নংবু তৌহৈদবা শাপ তৌগনি।

সনধ্যাঃ — অদুদি করি তৌসি হায়বগে? নংবু য়ুম সুকপান পাল্লরোইদবরা?

শৈলেশ - ফিভমসিদা সুম লৈরবদি পাল্লরোই সনধ্যারানী নংগী

য়ুম পানবগী মতম হেনজিল্লক্লে ঐখোয়নি থাপতোরক্সি. ঐবু কাওনবা তোৎনৌ, সনধ্যায়ানী (কপ্পা হৌরকপা) নংনা অকবা মীওই অমদা চৎথিবা, নংনা মুংঙাইখিবা হায়বল্লে ঐ ইশাদা থোকপগুম মুংঙাইগনি। ঐখোইনি ৱামিন্নবগী শরুকপুদি নং অমদি মুংঙাইয়ু, নং অমদি মু ঙাইয়ু?

সনধ্যাঃ — (কপ্পা) মতুংদি ঐনা মুকয়া য়ারোই। ঐ মুকঙম্ব ঙম্লোই।

মিউজিক তেম্না

শৈলেশ — সে কপকমুসে মাইথু থাংগৎলু। ··· লাইবক্তা তম্বা অমা লাক্কনি। ··· নং ঐনা লেপ্পা ঙম্বা নত্তে। (কপ্পা তোকখিবা) সে তোক্লো ... অঙাং মচাদৌনা সেবা।

সনধ্যাঃ — করি কল্লিনো বেক্কনা লোন য়াম্না পি হায়বথু নংসু থিজিল্লুদনা।

শৈলেশ — ঐসু লোইনা খংই অথুবু ···।

সনধ্যাঃ — অথুদি করি তৌরবা?

শৈলেশ — লোন লৌগে হায়রবদি অহানবদা খন্না হৌগৎপা তাই।

সনধ্যাঃ — হৌগৎপা হায়বদি ··· ?

শৈলেশ — য়েন লোইবগী লোন লৌগে খল্লি, মসি ওইরবদি লোন লৌত্রিঙৈগী মমাংদা য়েনশং অশাংবা অমা শাবা তাই। য়েন মচা খর্র থম্বা তাই ··· মসি পৈশানি।

সনধ্যাঃ — মথুগী পৈশাদি কয়াম চংগনি?

শৈলেশ — খঙদেনে ওইরোইদৌবনিনা নোংমত্তা পারুদবা।

সনধ্যাঃ —কান্নবদি কান্নগদরা?

শৈলেশ — করিগী কান্নদনি। মরম চায় হায়রুনস্থ সরকারনা মতেং পিরিবনি।

সনধ্যাঃ — অছুদি, মছুদি ওইনবা তৌরসি।

শৈলেশ — ওইনবা (খজিক্তং নোকপা)।

সনধ্যাঃ — নখোইগী রাশি'দো য়াল্লগা য়েনশংগী অয়াম্বা মচাক লৌবা য়ারোইদ্রা? কুপ্পবদো ঐখোয়গী শঙ্গোই শিখিবগী টিন য়াম্না লৈ করিনো অমা হায়বগা লোইনা পুরক্লগে।

শৈলেশ -- নংনা টিম পুরকপা (নোকপা) মীনা ফজনা ঙাংনবনি

সনধ্যাঃ - ঙাংননিংবা মথৈ ঙাংজসম্ভ, ঐখোয়নি হিংবিন্নদবদি য়াদে।

শৈলেশ -- অছুদগী শাবা খোংপা য়েন লৈবগী থরচতি কমদৌবা।

সনধ্যাঃ — সে সে খুদোপসি থুগাইরসি লুপা ৪০০/৫০০ দি ফংগনি।

শৈলেশ — মসিবু নখোইগী পাবুংনা থমলম্বা খুদোপ্পু নত্তরা?

সনধ্যাঃ — নং চিংনররা? চহি কয়া পাবুংনা খুদোপসি শিরম্মী। খুদোপসি থম্মমগা মহাক চৎখ্রে। ঐস্থ মহু মঙাই কয়াম কুইনবু খুদোপসি শিহুনা লৈখিগনি। নোংমা নজগা নোংমদি ঐনা চৎখিবরা খুদোপ্পা চৎখিবরা অমদি মরৈরে। ঙসি খুদোপসিগী মপান্দগী করি- ঙম্বা নং ঐ থুংনবা থোক্লব' পাবুংবু হেন্না মুংশিনা নিংশিংনবা করিঙম্বা অমা ঙম্বা কান্দা তৌবস্থ য়াইদনা।

শৈলেশ - পুন্সি অসে অরাবত্তা খাংহুনা লাক্লবনি, অমুক কুইবসে নোংমত্তবু কপনিংখিদে ওসিদা খস্নুংদা মখোল খোক্তনা কপ্লক্লে। অমম্লোমদা চহি কুমওন. খুদিংগী নাহন থাগী নামিব মুংশিংনা হৌজ হৌজ কাইদ-কাইদ য়ৈরবস্নু ঐগী আশাগী ঊপাল ময়োল চোংখিজ্রবনি। ওসিদি য়েগ্নিং হুন্নকপওম তৌই। অহুবু ...।

সনধ্যাঃ — নহাক্তী অহুবু হায়বা য়াহৈসে ওকহায় হায়রগনু।

শৈলেশ — অরাবনি—নৌরবা য়েগ্নিংশিনা নোংমদি অশাংবা মনা ওইরকপা মহুদগী মনাপুংবা ঊপাল, মহুগী ময়ক্তা নং ঐগী পুন্সি য়ায়েকমিন্নবা মসিমদি শাজনবা ওমদে সনধ্যা—শাজনবা ওমদে সনধ্যা।

সনধ্যাঃ — শৈলেশ নং মুপানি পুন্সিবু অহুক য়াম্না থাজজ্রবা কব্রিগীনো? নিংবু নিংলবা মহুবু কংনবা হোৎনরবদি করিগী ওমলোই।

শৈলেশ — সনধ্যা নংনা হায়রিবহু কনাগুম্বা থৱগী মফমদদি চুমলম্বা য়াই অহুবু ঐগী য়াখলদদি জগৎ অসে ইমম মমই, ইহাং হাংই ... করিমত্তা থংদে, থংবা তারবস্নু অসিনি—লোইবা নাইজ্রবা নিংবা কাইবগী ঊচেলদা পুন্না তাওমিন্নরি. নখোই ঐখোই তাইবং মীওইবগী মিংদা। ওাইহাকংদি ওাথু থেংথুরুই আশাগী হিদেন অমদগী অশাগী হিদেন অমদা, ঊচেলসিনা কনাইদা তমলিবা ঐ থংদে, ওইরম্বা য়াই ওইথোক— লোইদবা সমুদ্র অমদা।

সনধ্যাঃ — জগৎসিদা কজবা হায়বহ্ অমত্তা উত্রবরা ?

শৈলেশ — উই ·· মহাক্তি কজৈ ··· অদুবু হিংনবগী লানকমদগী কায়কপা উকুলনা নহাকপুস্ন অমুক অমুক কুপশিন্নি, মশেল মরাংই। ( সনধ্যারানী কপ্পকপা ) ইনাওনুপা অমদি ইমাগী নংঘোসিন্নু থানিংলক্লে — ।

সনধ্যাঃ — ( কপ্পা ) ঐবুদি উকুলনা কুপশ্রসন্নু, লানকমদা উকুল হায়দোক্লনা ঐবু থিরকত্রবস্ন ঐ রায়ৌজররোই, অদুব নঙ্গো অদুদি থাবা শুকরা য়াদে। (কপ্পা)

শৈলেশ — তোকও কপকনু নং ঐবু মুংশিবরা ? খুম্মু।

।সনধ্যাঃ — হৃজিক অমুক অদুক চপ্পা চাম্মরক খুমপ্পবা রাহংদো।

শৈলেশ — করে থৌনা কনা লান শোকনখিগনি। হল্লরোই চং-কনি অত্তকপা উমংসিদা ত্তিংখং তুঙ্গৌ মুংগাইরকসিদা খুদি থিসন্নু কয়ারকহন্না, শোয়দনা কংলকখিগনি লৈহাও চেল্লবা মহৈ মরোং চুল্লবা অচৌবা তুরেল মপানগী লৈতেম মাল্লবা লমদম।

তরুকশুবা শরুক

সনধ্যাঃ — ইমা। ইমা করিমতা চানিংব্রবরা?

মমা — ঐ করিমতা চানিং থকনিংবা পোকভে।

সনধ্যাঃ — চাত্রবদি অগুম শোনথরকপগনি। চৌবোনসে থুমলা চিনিরা থরা হাপলকে।

মমা — ইবেম্মা, থকসরোই, হয়েং মরাইনা কজনি ইচাশিমি থরা শাগৎপবু—।

সনধ্যাঃ — লিকলিগী ঈশিংসে অমুক শিন্নকে থোংসে অমুক ইংলি।

মমা — ইবেম্মা, লাইবকী কিসি হায়া শিন্নকথো।

সনধ্যাঃ — ইমা করিগুম্বা অমদি থকউ, চা লোন্নকউরা?

মমা — লোন্নুরম্ম পোৎথাজরুরো।

সনধ্যাঃ — ঐস্থু করিমতা চানিংদরে ইমা।

মমা — চৌবোনহু-চৌবোনহু ওইনা থর থকলগে।

সনধ্যাঃ — সে চিনি থরা হাপলবনি।

মমা — ( থকপসী মওং ) ওকএ থমথরো।

সনধ্যাঃ — ইমানা পাম্বা শাইবরা ডোক্টরা অমা হায়রু

ওসি ৪ | ৫ শুরে—ফিভম ফচৎলক্তরে।

মমা -- মরাইনা ফজনিদা লাইদা কমা থুরুম্ন।

সনধ্যাঃ — লাইস্নু থুরুমসি অহুবু ইমানা পাম্বা মাইবম্ন য়েংশি নত্রগা ভামো কৌরা?

মমা — কৌরুশিন্নু ••• অহুবু ঐগী ফিভম ফৎত্রবদি মাবু কৌরগা নংবু শিন্নরমগনি।

সনধ্যাঃ — ইমা ঐঙোন্দদি করি করিনো শাওদবা লমন থুমদবা হায়না ভাকপিরমবদাই।

মমা — আ · ইমানা হায়রিবসে নং ভাব তাত্রমাল্লে শাওবগী রাকম নত্তে মখোইনা ঐখোয়গীদমক করিস্নু তৌনিংদে। ওসি কৌরুরবদি মীগী মমাংদা ফজদে হায়রুনা ডোক্টর কৌনি হিদাক পৈরুনি। পুম্নমকসে মখোয়গী অপাম্বা নত্তে। মখোয়নস্নু পাম্বা মতাং লাকখিগনি ইবেম্মা।

সনধ্যাঃ — অহুবু •••।

মমা নং চিংনরত্রা, করিস্নু তৌরোইদা। ঐগীদমক নংস্নু লৈরিদনা। আ তঙাই ফত্রবদি মখোইদ হায়বা ভাবনি—হায়কম থোকই।

সনধ্যাঃ ইমা (কপ্পা)।

মমা কপকম্ন করিগী কপলিবনো ইমা শিথিরোইনে, নংগী মকম থংদনা নংগী মুংঙাইবা উদনা ইমা নংবু থাদোকুম্না চৎলোই—ঙাইথোসে ইবেম্ম ওসিদি রা অমা হংগে।

সনধ্যাঃ করিনো ইমা?

মমা — শেংনা খুম্মুকো আ ... আ নংগী হান্নবা শিংনবগা লৈরবরা। ইমানা হায়বহৃ কাওরবরা। মশক খংনিং-লক্লে। ইবেম্মা নবুংসে খংলেদনা, নবুংদগী তাদবা। করি তৌরে তুমিন্না লৈরবদি ...... হায়রু হায়রু কনানো হায়বা?

সনধ্যাঃ — ঐ কনামত্তা লৈতে ...।

মমা — ইমাবু খংনিংবনা লোয়রে মতুদা খংলবদি শিরবহৃ পেল্লগনি হায়রু ইবেম্মা।

সনধ্যাঃ — ডোক্টরনি ইমা— (সনধ্যারানীগী রাখলদা শৈলেশকী রাষৈ নিংশিংলকপা) ঐ লাইরৈ ঐ থবক থিরি।

মমা — ডাক্তর রান্না কৈ — করি লমদগীনো?

সনধ্যাঃ — শি জমৈদগী।

মমা — কৈম্মনো?

সনধ্যাঃ — মাইবম —।

মমা — মাইবম লৌনবা য়াই য়েক্তি নত্তে মবুক মপাওদি করম তৌই।

সনধ্যাঃ — ঐনা মাবু খংলুবদি ডোক্টর ওইনা নত্তে। মবুক মপাও ফবদগী।

মমা — য়ান্না কৈ পু-পাংদি শুরিদনা।

সনধ্যাঃ — শুরি মখোয়গী অহন্দো থবক অচৌবা অমা তৌরি।

মমা — নখোইদি করম্বা কান্দা খংনরুরিবা।

সনধ্যাঃ — য়ুম শানবগী পৈশা থর তুংশিনথিশি হায়, ঐনা ঐখোইদ পুম্না লৈমিন্নসি হায়বনি।

মমা — (খজিজং নোকপা) করি খুম্মি ?

সনধ্যাঃ — হোয় নংনা হায়রগা লোইরে হায় (নোকপা)।

মমা — (নোকপা) মতুমক খুম্বগ্না। মবুক কৈদনা। লোই-হনগনু। নবু'দগী তাত্রেদনা, ইমা পেল্লে। হুম শিদ লৈবদো মীগী মমাংদা কজদেদো খংদেদা—খংদেদা, মখোইনা খোকপা তোরো।

সনধ্যাঃ — ইমা পোৎথারো লাইবক্তা তম্বা অমা লৈরমগনি।

মমা — চৎলো পোৎথাজরুরো ইমা নাবা করনি।

তরেৎশুবা শরুক

সনধ্যাঃ — কনামতা লৈতেকো ?

শৈলেশ — লৈতেয়ে ইনাওন কলেজ কাপ্রে ইমাসু কৈথেল চংখ্রে।

সনধ্যাঃ — ইমাদো য়াম্না ইকাইজে। ঐবুস্থ ভাংই হায় তৌবা ভম্মী হায়দুনা অতুগা ঐখোয়গা ভাই-সেল ওইনিংদে হায়নসু হায়মাল্লে।

শৈলেশ — অহন্না ভাংববু শাওরুম্নুদা।

সনধ্যাঃ — শাওববুদি শাওদেদা।

শৈলেশ - য়েংউ থবক্তি ফনা য়ায়া হৌজিল্লবনি।

সনধ্যাঃ — ঐদি অমত্তা য়াওবা ঙমহৌদে। য়েনবু কৈদৌঙৈদগী থম্বা হৌগদৌরিবনো ?

শৈলেশ — য়ুম শাবা হৌগৎলেদনা মসি লোইরকপগা য়েন মচা অসোমদগী লাকপগা চপ চায়রনি।

সনধ্যাঃ — য়েন মথল য়ামই হায়বদাই করি করি য়েনো লোইগদৌরিববো ?

শৈলেশ — অহানবদা হরাইট লেগহার্ন, কুনথ্রা আর্বর একর কুনথ্রা ব্রোইলর নিফু লোইহনা য়েংগে —

সনধ্যাঃ — ঐদি অমত্তা ভাব তাদ্রে।

শৈলেশ — হোয়দা করি কায়গদবনো হয়েং তুংদা খংজরকনি।

সনধ্যাঃ — আ ...... সিদগীদি চাওরাকপা মতম হায়রোদনা পোলট্রি ফর্মগী প্রোপ্রাইটর ওইরবনিনা।

শৈলেশ — অহুগুম্বা কাগিহু তৌরকনু।

সনধ্যাঃ — প্রোপ্রাইটরবু প্রোপ্রাইটর হায়বনি ? শাওরব্রা।

শৈলেশ — শাওনিংই কাগী ওইরবসু। করবসু কৎত্রবসু নংনি ?

সনধ্যাঃ — আ ... ঐ লাংল্লে অশেংবনি ঐ শোইখরে। হুজিকসু শাওনিংলিবরা — ?

শৈলেশ — ঐবু শাওহনা লৈগনবা মীওইরা ?

সনধ্যাঃ — অহুনবু পুম্নমক্তগী ইহেন হেল্লিবনি। (খর নোকমিন্নবা)

শৈলেশ — নংনা ঐবু হেক হেক থাজৎপদি স্বর্গ য়ৌই সত্যা।

সনধ্যাঃ — স্বর্গদা নত্তে স্বর্গগী মথক্তা থাজৎনিংবনি।

শৈলেশ — য়াংমল্লবসু মহদগী তারকপদি — (নোকমিন্নবা) ?

সনধ্যাঃ — আ ‥ আ — রা অমা হায়গে খনবনি — ।

শৈলেশ — করিনো ?

সনধ্যাঃ — হনজিন হনজিন ঙাংনখ্রে কোন তাখিব্রবা ।

শৈলেশ — কোন তাখিদবদি য়াই অতুম ঐদি য়াম্না থরাই য়াও-
নদি ঙাংনখিবনি । ঙসি অমুক থম্নশি করিনো ?

সনধ্যাঃ — আ — মতম অমা ।

শৈলেশ — মতম হায়বদি ।

সনধ্যাঃ — মতম ।

শৈলেশ — পুং কম্না তারবগে হায়বরা ?

সনধ্যাঃ — নত্তে — । মতম ( খর কল্লপ ) ।

শৈলেশ — ঐবু ভাব তাদরে । শজিবু, কালেন, ইঙা, ইঙেন …
ও য়েরুম কোকপা মতম । ( নোকপা ) …
ঐ থংঙদরে ।

সনধ্যাঃ — ( খর শাওরপ্পা ) হোই, হোই. ‥ য়েরুম কোকপগী
মতম অহুদগী ঐখোইনি কমিন্নহনা ওয়েট চামিন্নবদা
মীনা নোক্নরোইদবা মতম ।

শৈলেশ — কাগি তৌবনিদা ঐ ঙসাইনা ভাব তাঁই ।

সনধ্যাঃ — ঐস্সু কাগিনি থংইদনা ।

শৈলেশ — অতুম্বু খর শাওবগী শককম ঙসি ইহান হান্না উখ্রে ।

সনধ্যাঃ — ঐস্সু কাগী তৌবনে অহুদা শাওশিন্নবা — (নোকমিন্নবা) ।

শৈলেশ — মতম হায়ববু … ঙসি তরানিগী মমুংদা য়েন মচা
লৌরবা অহুদগী বেঙ্কী লোন্ তান্নবা অহুদগী
লোন তান্নবা অহুদগী লোন কংলগা য়েন মচা

অনৌবা ১০০/২০০ লৌরুরনি। লৌরুবা অহানবা য়েনবাঁনা মরুম কোকপা হৌরকপা থর থমবা য়ারে (নোকমিন্নবা)।

সনধ্যাঃ — মরুমদি থা কয়াদা কোরুনি।

শৈলেশ— য়েনবা চামা লৈরবদি নোংমদা য়েরুম ৫০ | ৬০ দি পাবা য়াই।

সনধ্যাঃ — মতমদো ভৌরোক ভৌরোক ভৌনা য়েরুম লৈরম-গদবদো। য়েনবা ১০০ নত্তে ১০০০ লোইনবা হোৎনসি অত্থু ওইরবদি য়েরুম ৫০০

শৈলেশ - অত্থুবু কৌই 'আশা"।

সনধ্যা. — ঐনা য়েন লোইগনি। মংননে সরকারগী থবক নাত্তে চাবা অমা নত্রগা কারবার অমা য়েংগদবনি পৈশাগী চিংননিংভাই লৈতে। ইমাদ ইংখোল শরুক খাইৎ-দোকপিরো ঐ থবক অমা নোমনবা য়োনজরগে হায়দুনা তকনরিবনি। ইমা নাবা করগা অমুক তরুখিগনি।

শৈলেশ — ইক্মা হাকমনখ্রে। (নোকমিন্নবা)

সনধ্যাঃ — ভসিসে মরুম খংদনা ঐ য়ান্না মুংভাই।

শৈলেশ — ঐস্মু পুঞ্জিগী অনৌবা চেনা অমনি। (নোকমিন্নবা) ঐসে ওস্থোক্না লাইবক থিখ্রবনি অত্থুবু নহাক খেংনবদগী।

সনধ্যাঃ — মুংশিনবা হায়বদো অসিনিদনা (নোকমিন্নবা) মহৌশাগী নিংবা কায়বগী ঈচেলগত্থু মাংগ্রবরা?

শৈলেশ — ভসিদি চাক থোংলুরো অহানবা ওইনা চামিন্নরসি।

সনধ্যাঃ — চাক থোংলিভৈদা চফুগা থাংথগে তৌরিভৈদা ইমা

লাক্লগা "কনানো" হায়রবদি চক্ষু থাদরেদো (নোকমিং়ৈ)।

শৈলেশ – চক্ষু কাইরবদি য়েক্লমদগী ককশয়বা তাই (নোকমিন্নবা)। ফাগী নত্তে থোংঙুল্লোবা।

সনধ্যাঃ – নো'মা শোইদনা থোংগে ঙসিদি ইমাহ্ন ফিভম খন্না শোকচলহৌই। ঐ ঙস্তা হনগে।

## নিপালশুবা শরুক

শৈলেশ – (মতোমতা শোঙবা) পোলটরি ফার্ম হায়বহ্ন অসিন্না। অস্নক কন্না হোৎনবরু অমগী মথংদা অমশি অমগী মথংদা অমশি। ঐ তৌফম থংদ্রে। নখোইদি থঙদমাল্লে। নখোইদা য়ুমফম ঙইরগা এগী আশা সনধ্যারানীগী আশা কয়া রাংবনা হায়বা, মহ্নগী মরুমদা ইমা ইর্নাও মুপা থুপলিবনি – নত্তে, নত্তে নখোয় শিবা য়াদে — নখোইন্স্ন হিংউ ঐস্ন হিংগে কৈদোবগে নখোয় খরদি হিংহৌখো ঐগী আশাসে কাইহনগন্ন — ঙইরম্বদি য়াই চক্ষু মপাল অকোইবদা অস্নম কোইনা চৎপা তিনগী আশা অহ্নবু ঙসিদি নখোয়না ঐগী থ্বাইদগী মকপা আশামি নখোয় খরদি

হিংদবা য়াদে ঐবু মুংশিত্রবসু সনধ্যারানীবু নিংশিংবিরু মানা ঐগীদমক কয়া য়াজবা। নখোয় খরদি হিংউ।

সনধ্যাঃ — করি তৌরবগে— মুরুম মুরুম শোয়িরকুবু ?

শৈলেশ — য়েংউ অতুক য়ামদ্রা য়েনশিংদো লৈশিলকরে পংশিদা শিরবনি — ।

সনধ্যাঃ — করিননো ?

শৈলেশ — লাইচৎ লাকপা হায়রকুনি — ঈশিংদগীরা চিঙাকু-গীরা থংদরে।

সনধ্যাঃ — ডোক্টরনা লাইয়েংলবদি ঙমদরব্রা ?

শৈলেশ — নহাল লাক্লম্মী হিদাকসু থাররবনি অতুবু হুনবা লৈতরে।

সনধ্যাঃ — হৃজিক্কি করি তৌনি— ?

শৈলেশ — করি তৌবা হায়রবু তৌনিংঙাই লৈতে। অসুম য়েংবা হায়রকুনি। মচাশিংবগী শিং শেমগৎলবা মমানা করি তৌনিংঙাই লৈ।

সনধ্যাঃ — মাইথোং ইমক মকশিনগসুদা য়েংবা সুংঙাইতে করিসু লৈতবা য়েনাও খর শিবগীদমক।

শৈলেশ — করিসু লৈতবসিদা ঐখোইগী আশা ওইরিবা নত্রা ?

সনধ্যাঃ — অতুবু করি কৌই হায়বগে অমুক লৈরগা লোইরেদনা।

শৈলেশ — অমুক শিরবদি ?

সনধ্যাঃ - অমুকসু লৈবা তাই ।

শৈলেশ — অমুকসু শিরবদি ?

সনধ্যাঃ — অহুদি পাংদবগী য়ানি — ঐনা হায়থিবহুদি নহাক মুপানি।

শৈলেশ — মুপা, মুপা, মুপা (নোকপা) মুপানা মুপীদগী করি হেল্লি ?

সনধ্যাঃ — অয়াঙ্গা হিয়মদা হেল্লি।

তুমিন্না ভাঙ্গাক্কং লৈরগা

শৈলেশ — সনধ্যা হিংমিন্নবগী লানফমসিদা ঐ মাইথিরমাল্লে। ঐসে লাইবকপু ওস্থোক্না লৈতবনি।

সনধ্যাঃ — নহাক্না অহুয়া ভাংলবদি ঐস্তু থশ্বোইসে মীপাইবক্লে অকিবা পোক্লক্লে। নহাকী ননাক্তা লাক্লগা পুক্কিসে চাওখৎপরা হায়বব্রু অস্সুম অস্সুম নোংমা নোংমগী পিকশল্লক্লে।

শৈলেশ — মহুদি য়ান্না কৈ অকিবা পোকুনা নহাক ঐভোন্দগী থাপতোকপা ভয়বা ঐখোয়ান শুকউ উন্নদবা হায়বহুদি — ভসি ঐখোয়নি পাক্লবা ঈপাক অমদা ইন্নাকমিন্নরি। তোর্ব্বান উবা কদে -- ভসিস্তু অমুক হায়রিবসিনি — নহাকপু ঐনা কনবা ভয়োই ঐবুস্তু নহাক্না কনবা ভয়রোই যেংউ নহাকপুদি য়াম্না লায়না পুবা ভমগদবা উশা অমা তাওরক্লি মসিদা চেৎনা কোন্দুনা নহাক হিংহৌখো।

সনধ্যাঃ — অহুবু কনান্না খংবা নংনা মহৌশা হায়খিবা অমম্বা সমুদ্রদা পুথ্রবদি ?

শৈলেশ — মহু ভইরোই নহাকপু তোর্ব্বান্দা পুগনি।

সনধ্যাঃ — তোর্ব্বান্দা করি লৈরমগনি— শা কৈনা ভাইহুনা লৈরমগনি। নত্তে ঐ নঙোন্দগী থাপতোক্লোই ঐখোয়ঙীস্তু মুংভাইবা মতম লাকখিগনি।

শৈলেশ — ঐথোইনিগী য়াকমচু তোক্লো পন্নরুগন্ন। নহাক অহন্না য়াবা কনাগুম্বা অমদা চৎখ্রো — ঐস্নু তারে নখোয় ইমাগী অনাবা কৎচিল্লক্তরে হায়বা মানা হিংলিঙৈদা নহাকপু লুহোংবিরম্বগী য়াকম।

সনধ্যারানী কপ্লকপা

মচুনা খ্বাইদগী অফবা ওইগনি। ইমানা হায়বা ইলু ইমাদা নত্তে ঐস্নু হায়রিবসিনি ইমানা হিংঙৈদা নহাক লুহোংলৌ। ঐ করিমত্তা মুংঙাইতবা তৌ-রোই নিংঙমদবা তৌরোই।

(ঙাইহাক তুমিন্না লৈনবা)

সনধ্যাঃ — ঐ য়া অমা হায়গে নহাক য়াগদরা ?

শৈলেশ — কঁরিনো হায়য়ু।

সনধ্যাঃ — ঐখোই অনি কদাইদনো অমা চৎলগা সিমিন্নরসি।

খর কপ্পা

শৈলেশ — সধ্যারানী ইমাচু মতোমতা লৈহৌবা নত্তরা ? চৎলো চৎলো ঈশ্বরনা তম্বা অমা লাকনি।

সনধ্যাঃ — করে চৎলগে য়েন মচা খরা লৈচুনা য়েংখিসি করিমত্তা মুংঙাইতবা তৌগনু।

শৈলেশ — হোই মুংঙাইতবা তৌরম্নোই অচুগা নংস্নু ইমানা হায়বা ইল্লুকো।

## য়াপলশুবা শরুক

য়াজেনঃ — করিস্তু মুংশা থিকমুদা ইমা করনি থন্দুনা ডোক্টরনা যুমদা চৎলো হায়রক্লবনি। চিকপা খোৎপদি থর করবরা?

মমা — করে ইমা য়াম্না মুংঙাইরে।

য়াজেন — করিস্তু তৌররোই য়াম্না য়েংবা মুংঙাইরে।

মমা — কান্নদে ইমাগী রা তোক্লো শিবা হায়বসিদি মীওই বগী লমন তোন্দুনা লৈরবনি নোংমদি শোইদ্রবা, ঐনা অমুক শাংথদ্বনা, হিংলুহনা করি কানগদগে? ঐগী হায়ববু নখোইনা মুংঙাইনা লৈহৌগনি হায়বগী রাখন্দুদা ঐস্তু মুংঙাইনা চৎচখিবা। মন্নদি?

য়াজেন — মখোইরোমদস্তু অঙাং অমা মশা ঙমদে হায়দ্বনা চৎখিবনি — থুনা হল্লকনি।

মমা — য়াজেন নচলসে লুনা তৌবিয়ু মরাইবক থিরবনি। জগৎসিদা নচনগী হায়ববু নংনা লোইরবনি অত্থগা ঐনা হিংলিঙৈদা ইংখোলসিগী তঙ্খাই অমা নচনগী মিংদা ওন্দুনা পিবিয়ু। মানা তৌনিংবা তৌজসনু।

সনধ্যাঃ — কপ্পা।

রাজেন — শোইদনা তৌজগে।

মমা — এগী লাইনাসে ক'রি:দি কৌই ?

রাজেন — করনিদা ইমা থোইদোক্লা অরুবা নত্তেদা।

মমা - ঐ ইশামক্লা তাররবনি। নথোইনা লোম্না ভাংভবরু ইমাদি কুইররবদা থা ৩ | ৪ দা মঙাইরে হায়রবহু।

রাজেন — ইমা ঐখোই করিস্থু হায়নদে — ইমাগী রাথল ওই-রমগনি ইমাগী অনাবা করক্লবনি।

মমা - অত্তুদি সনধ্যারানী নং করিগী কপলিবা। রাটর বেগতো ঈশিং 'হাপলুচো খোংসে অমুক ইংলকপগুম তৌই। রাজেন ঐনা হিংলিভে খরদং হৌগৎ কাং-খৎপা ভম্লিভৈসিদা নচনগী লুহোংনবা থৌরাং তৌ! নিংথিনা অওং অউন তম্বীগদবনি। মাগী মুংশিনজবা ডোক্টর অমা লৈ হায়রবনি মনম্মবু খর হংহল্লু —।

রাজেন — ফিভমসিদা সনধ্যারানী য়াগদরা ?

মমা — মানা য়াদব। য়াবরনে ফিভমসিদনি হোংগদবদি—শোইবা য়াদ্রবনি। ভসি হয়েংমক লাংবা হৌগৎলু।

## অরোইবা শরুক

রাধা — কনাগী চিঠিনো, সনধ্যারানীগী মানঙ্গেদা করি ইরিবা— উন্নদবস্তু কুইরেদা ••• ।

চিঠি কাক্লোকপগী মখোল সনধ্যারানীগী
খোঙ্গেলদা চিঠি পাবা

রাধা,

মহাক্কী মপাও অমত্তা তাত্রবরা ইমুংহুনা করম তৌরি । মহাক শুকহন হল্লকদবা মাস্রে রাধা মীওইবগী লাইবক হায়গত্রা অঙকপনিকো । মহাকনা য়েন খজিক্তুং লোইবা হৌগৎচববু লোইনমক শিখি । মী খুদিংনা কানবা বেক্কী লোনস্তু মহাক্তি কংবা ঙমখিদে । অমরোমদা ঐখোয়গী তামোদি নহাল কমথোন অমস্তু কারে । রাধা, হায়নবদাই, মীওইবনা অমুক রাবা অমুক মুংঙাইবা । কদাই ! ঐদি খংদেনা ! নিংথৌগী মচানা নিংথৌ ওইনা অত্থমক শিখি । ভিক্ষারিগী মচানা ভিক্ষারি ওইনা অত্থমক শিখি । হোয়, যুগ অমগী ইতিহাসতা অমা অনিগাস্তু ওন-তৈন্নবস্তু য়াওরমগনি

অহুগা রাকম অমবুদি ঐস্নু য়ানিংই নুংঙাইবা হায়রবহুদি মাগী মাগী থম্মোয়গী গুন্নি। ঐনা হায়বদি গাড়ী যন্না পোৎলুম পুরিম্‌ন্তদা চৈ চানা চানা অহুশ্মক পুন্সি লোইখি অমরোমদা বিলাইটি হুই অমনা মীগী তম্পাক্তা কুন্দুনা অথুম অহাও চানা চানা শিখি। করি হায়বগে? ঐগী মীৎয়েংসে অয়ানবা ওইসন্নু মীওইবা অতৈগী হিংবগী আশা কায়দনবা রাধা, ঈশ্বর হায়বহু নৈরুম্বা তারবদি ঈশ্বরগী মফমদা রারোই করিগী মী অমগা মী অমগা মফম অমত্তদা অম্বুক খেন্ননা শেম্বীরম্বনো? থুম্বা য়াই — মাগী মগী মপাপকিনি অহুব ঐনা হংনিংই অহৌবদা করিগী পাপ তৌনবা শেম্বীরম্বনো? ইমানা ঐঙোন্দা তত্তনা হায়বী নুংঙাইনা হিংনবা লাইরানি হায়হুবা —শাওদবা, লমন থুমদবা, মমলগীদমক থবক তৌদবা, মীগী মতেং পামলূদবা।

রাধা অহবু রাহৈশিংসিদা করিনো অমদি রাংলমাল্লে। ঐগী মীৎকী পিসে অম্নুম তারক্লেদো। নুংশিদরা মাগী পুন্সিদা ধুম ধাম য়াওদনা ইজৎ মচা অমত্তং থমলগা নোংমগী চরা অনিথক্তুং কংনবা হোৎনজ-রম্বহু··। নহুগা ঐবু ওইজবা য়াম্না থিমল্লব্রা সমাজদা চন্নদ্রবা মহাক্তা হিংমিনজগে হায়রবু। অম-রোমদা মহাক মীচোম্ন থম্মোয়নুংদা মৈগী চীং অমা পুহুনা চেনখিবা থা অমুক হায়রম্মনি।

রাধা, থর্মোমিটরনা অইং অশা ওল্লি। ঐগী চিঠিসে মরি মখোংদি শম্নরম্মোই অদুবু লৈমাইগী অনেম অরাং ওন্নবা থুংলাইদুনা বেরোমিটর কৌবরা? কৌনিংবা অমা কৌজরসম্নু ঐনা হায়নিংবদি ঐগী থম্মোয়দি অরাবা ওন্নবগুম থোক্লে। মসিগী মার্করিনা পুন্সিগী গ্লাসটিয়ুবতগী ফাওদোকদোরে। নং থংবা নত্তরা শৈলেশকা ঐগা ইহান হান্না উন্নখিবা মুমিৎতো নোংচুবা মুমিৎ অমদা উখা অমদনি। ছুজিকস্নু নোং তারি, মহাক কদাইদা লৈরমগনি। নোংমা ইঙেলগী নোংলক্তা শাগৎচখিবা ঐগী আশাদু ঙসিদি মীৎকী পি ওইনা চেন্থরক্লেদো, তৌবদি আশা তৌরুবসিমক অরানবা ওইরবনি। অদুবু মীওইবগী থ্বাইদগী শোইবদি মাস থংবিদে। ·

ওন্ন-তৈনবদা ঙাংনবীরি সনধ্যারানী মরাইবক ফৈ ইনাক থুংবা ডোক্টর অমদা লুহোংগদৌরে রাধা নং তারমদবা য়াই ঐ লুহোংগদৌরে। চহি কয়া থনজরক্লবা মুংশিবা মহাকা থুংনবগী পুন্সিগী মহাওদি থংলরোই ···। ওন্নতৈন্নবদা থুংনবগী পুন্সি ঐ থৌনা ফনা য়েংগনি ইমাগী নিংবা থুংনবগীদমক্তা। রাধা, পুন্সিসে মুংশিদরা। ঐস্নু থম্মোয়[illegible]মৈগী চৌং অমা পুদুনা কোইচৎ চৎপা তারিগী মতম অমদা ঐনা থল্লম্মী—পুন্সিবু ঐনা পুগনি অদুবু ঙসিদি থংলে পুন্সিম্মা ঐবু পুরী।

মতাংসিদা- লোইরগেকো

নহাক্কী

সনধ্যারানী।



অফোংবা: — মোইরাংথেম কুমার
এমকে পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল

অহংবা: — মোইরাংথেম ইনাও

কোপী মশিং — ৩০৮০

ফাইবেনগী ৯নি, নিথোকপা তা ২১।২।৮৩ ইং

নমথং: — শ্রীপ্রেস, পাওনা বজার, ইম্ফাল

মমল: — লুপা ১০/-

কংকম পোকপা খুদিংমক অকোংবগীনি।

---

N.B. লাইব্রেরিসগী শেল-থমগী হৈবা মসুং Correspondence খুদিংমক মসিগী Address তা থৌবিয়ু।

* Moirangthem Kumar
EMKAY PUBLICATIONS
(SHREE PRESS Office) Paona Bazar,
Imphal — 795001.